# "গরীবনেৱাজ"

## (পুয়া মৈথাবা)

পোকপা খৃষ্টাব্দ ১৬৯০
নিংথৌ ওইবা ১৭০৯
শিবা ১৭৫২

ইজবা ঃ—
এম, বীরমঙ্গল
১। ৯। ১৯৪৯ ইং

কোংজম্বী :—

শ্রীময়াংলম্বম ওংবী থরোশংবী দেবী।




অহানবা কোংবা— ১৯৬৭ ইং

লাইরিক— ১০০০

মমল লুপা ৩'৫০

Printed at—The City Press, Paona Bazar, Imphal.

# হাঙ্গৈজবা

গরীবনেবাজ—"পুন্না মৈথাবা"— হাইবা লিলা লাইরিক অসি তাং ১।৯।১৯৪৯ ইংদা ইবা লোইজরুবা এরিয়ান থিয়েটরগী মেম্বরশিংবা য়েংবীরগা তাং ১৩।৪।৫০ ইংদা অহানবা উৎপিরুবা মথং মথং হোৎনদা অমসুং মফম কয়াদসু চঙ্ননা উৎপিখি।

লিলা অসি উৎপদা য়েংবীখিবা মৈতৈগী পুকচেল চাওবা কয়ামা থিংশিংউদবমা অকাওবা ওইনখ্রুবা মৈতৈগী বারী-বাথোং কয়াবু লিলা অসি য়েংবীবদগী ঐবা খংজদবা কয়াসু তাকপীরুবা শেমদোকচবগা লিলা লাইরিক অসি ওইখি।

১৯৬০ ইংগী Theatre Centre Manipur না বীর টিকেন্দ্রজিৎ পার্কতা পাংথোকপা ২শুবা All Manipur Drama Festival 1960 ইংগী তাং ৬ এপ্রিলদা এরিয়ান থিয়েটরনা লিলা অসি উৎপীরুবা গরীবনেবাজ শাবীখিবা শ্রীও, বীরমঙ্গল সিংহনা বেষ্ট এক্টর, থবাল (গোমতী) শাবীখিবী শ্রীমতী রঞ্জনী দেবীনা বেষ্ট এক্ট্রেস অমসুং লিলা লাইরিক অসি ইজবা ঐবু বেষ্ট রাইটর থবীখি।

জিলা লাইব্রিক অসি মতম কুইনা কোংবা ওমদমা লৈজরম্মদগী মণিপুর গোভর্ণমেন্ট এডুকেসন ডিপার্টমেন্টনা মতেং পিবীদুনা ত্রাবা লাইব্রিক অমা ওইনা কোংজবা ওম্বগীদমক হন্না হন্না থাগৎচরি অমস্তুং লাইব্রিক অসি ওইনবা ভাকপিথিবা অমদি মতেং পাংগীখিবসিংগী লমম তোক্লরি।

হাইজবা

এম. বীরমঙ্গল

# লিলাঁদ চংবা মীশকশিং

অমসুং

## শাখিবা এরিয়ানগী আর্টিশশিং

নিপা

১। গরীবনেৱাজ—মৈতিংগু নিংথৌরেন—এম, বীরমঙ্গল অমসুং
শ্রীও, বীরমঙ্গল সিংহ।

২। শ্যামশাই—নিংথৌমচা অহল —শ্রীআই, কহ্নাই সিংহ।

৩। চিংশাই— „ (গোমতীগী মচা —শ্রীকে, ইন্দ্রকুমার সিং।
মথংগী নিংথৌ)

৪। ভরত শাই—„ য়াইমা —শ্রীকে, জয়কুমার সিং।

৫। শত্রুঘ্ন শাই
তোলেন তোম্বা } „ অতোম্বা—শ্রীএ, চেতানন্দ শর্ম্মা।

৬। য়াজাও—থম্বালগী মপুরোইবা —শ্রীআই, কহ্নাই সিংহ
শ্রীএম, নিলমণী সিংহ।

৭। শান্তদাস—ময়াং গুরু —শ্রীঐচ, ইবুংঙোয়াইমা
শ্রীএম, বীরমঙ্গল
শ্রীএম, জানকীনাথ সিং

৮। লৌরেম্বথোংমাংথাব—মাইচৌ —শ্রী শ্যামকহ্নাই সিং

৯। উশম কোইরেং—কৈরুংবা —শ্রীটিঐচ, ইবোবী সিংহ

১০। চাওভল—থুনগী মিপা অমা —শ্রীটিঐচ, লালাসিংহ
অমসুং শ্রী অঙোবা শর্ম্মা

১১। হঞ্জবা—ফুবালবা খুনগী— এরিয়'নগী

১২। অঙম্বসিং, মিংথৌসেনবশিং আর্টিশশিং
অমসুং হিরোইশিং—

---

মুপী

১। থম্বাল, শ্রীমতী সোরোজিনী দেবী।
গোমতী " অমুমচা দেবী
" রাধারাণী দেবী অমসুং
" রুক্মিণী দেবী।

২। লাইরেম্বী— শ্রীমতী মঙ্গ্নী দেবী অমসুং
" মেমচা দেবী।

ঈশৈ— শ্রীদেবকিশ্বর শর্ম্মা

ফিজেৎ— শ্রীইবোতোন শর্ম্মা অমসুং
শ্রীজয়কুমার সিংহ

মেকঅপ— শ্রীশ্যামো শর্ম্মা, শ্রীগৌরসিংহ,
শ্রীইবোবী সিংহ, শ্রীগোকুলানন্দ শর্ম্মা।

ষ্টেজ— শ্রীঅঙোবা শর্ম্মা অমসুং শ্রীচেত্তানন্দ শর্ম্মা।

লাইট— শ্রীগোকুলানন্দ শর্ম্মা।

ডিরেক্টর— এম, বীরমঙ্গল।

---

# গরীবনেরাজ

---

অহানবা মতাং

অহানবা উৎপা

## "ইরোঙ্গশেনবা চিংখোং"

থম্বালনা মোৎনা শেপাঙ্গরবা ফিজোম্না শাজৈ অমা

পাঙ্গনা চিংচেপ্তা কমজুনা।

জৈশৈ :—

হাই— ইবুংঙো।
খোইমু নম্বুংলাংগীদমক য়াবসিবু
শিঙেল কয়িগা পায়সিগেমে পামুবা!
শাবি ইবুংঙো খুংশিবা
লোংদম লোংমবু হৈখচিং
কোয়ৌনা মশেক য়াইমচিং
নমলেন লোইবা লোংমাইজিং
খুংগাই য়কা ওংবী দৈ।
লৈয়াংগী কোলোয়বু হাঙ্গয়গা
হাওগী কোলোয় ভংখাই লো

চিংগী কোলোয় তংখাই লৌদুনা
থোনবা নৈ… নৈরায় মানা মাহৈনবা
কান্নম্ব মালংনা থেংনৌয় ওইদুনা
মাংবা নৈ। চিংগোই নরা পামেল
চিংথ্রাওগুম মনাও লাইবকথিবীবু
অরেম্বদা মাংলগত্রা রাখেদা মুংশিবা॥
য়ো—য়ো—য়ো—য়োনহাই।

[ য়ৌদ তানবা চেমশনখে ]

[ মিংথো মিৎকম হোংদনা য়েংচুনা চংলক্লগা— ]

মিংথো। থোংহোক্তনা পুক্লিং হুদুনা
তাবতনা থম্মোহ শুমহৎপী।
নৈবু উৎনা কুয়গুম
স্নাবু কদিনা য়োমগুম্বী।
মিৎলাং কায়দ লাম্লিংদা
তত্তবা চেংদৌ উমিংবী।
নৈকম থংন্দনা মুংতনহন
থবাঈ হকচাং লুপকী।
মুজা সিবু কনা—

চাওভল। [ মমুংদগী ] হৌ—থবাল। নংবু কলোমদা নৈবগে?

থবাল। [ মমুংদগী ] হা কনা ওইরবনো? ঐ সিদা নৈজেগ্র।

[ চাওভল হাথু চংলক্লগা মিংথো উদুনা ওক্লা কিনা
থুরম্মগা ক্যী চৎখ্রি। ]

নিংথৌ। থিগা। ওহাক্ত ওাইবো—

চাওভন। [মথুং যোরবা থুরউ থুরত কুমা।] লাইনিংথৌ!
কুমাইদা মা মাখৎ করি ভাকপিগদরা?

নিংথৌ। মগী হৌজিক কৌথিবা নুপীমচানি কাননুপীরা?

চাওভন। মৎতৌ ইনিংথৌ।

নিংথৌ। নংগী করি থোকই?

চাওভন। ইনিংথৌ! মনাইগী মরি করিসু থোকচদে চুমগী
কৈরোই নৈকাই থুনগী বল শেনবীনি।

নিংথৌ। আ—সিদা ওহাক্তা লাকহল্লু বা অমতা হঙ্গে।

চাওভন। ইনিংথৌ! [থুরমদুনা চৎখ্রে]

[নিংথৌ হক্কৎহনবা চৎলা মাথবদুনা লৈ, থম্বাল মকোক
থুমা চংলক্লুবা কিনা থুবম্লগা লু লুকনা লৈ।]

নিংথৌ। নং হঙ্গোইসু রা থম্বা ওাংবসি হৌগৎলু লাও!
হাঃ রে ইকাই হঙ্গোই থাদোকউ থম্বোইগা থম্বোইগী
অশেংবা, মুংলি বারি শারি :—নং য়াম্না ইকাইথিদোরিদা?
নুপী মচা মাঙ্গদা—নংবা হাইনিংবদা হাইবুসে?
[হৌগৎপীবদগী থম্বাল ফুক হৌগতুনা হঙ্গোক্লগ:—]

থম্বাল। লাইনিংথৌ! —

নিংথৌ। [থোকথিনা] করোরে তুমিথ লৈরবে? —
উম চুবই—... থী উরকিথখিরবা পুঁরগী অহানবা:— নং

হঙ্গোঙ্গকম থোকই। অছুপা ঐগী লমহৈনবা অমগুমা মংবা থমবা য়াই—মদোমদগী বাখরগী—মংগী মথোক্তবা হাঙ্গমিংঙাই বাহৈ লৈতা পুংশি লিচিংলছুবা, মথু উবতদা পুংশি শকতমথছুবা, ঐবা মথু অতোপ্পা অমথি থমজরে। নংবু ওলিমক লৈবাকী মথেম্মা ওঙ্গবা পুক্নিংগী লোঙ্গমবী ওঙ্গয়গে ?

থম্বাল। লাঙ্গমিংথৌ! থোপলোম কাইখি কিজনা তুমিন লৈজবা স্না চয়ম্না ঙাকপিদি ? মনাইবু চৎচনবা স্না য়াথং পিখিরো ?

[থুরমখি ]

মিংথৌ। হঁ—ঙাঙ্গথো—মংবা ঐবু উহনবা থাপনা চৎখিবদি য়াই ঐগী থম্মোইদগী লাপখিবদি মংবা ওন্নরোই। ঐগী মিংথুংবা পাওথুম পিয়মদা ঐবু মংবা খাদোকপা ?

থম্বাল। লাঙ্গমিংথৌ! ইপা ওঙ্গবগী পুংশিজবা অশেংবত্র !! কাঙ্গহনখিন্নু। মচানুপীবু চৎচবা য়াজবা স্না য়াথং তাকপিরো ?

মিংথৌ। লমহেনপগু—'খুত্ত' পাঙ্গয়বা লৈহাও লৈয়েমবু মুন্নগদবা কনাগী মতিক লৈ ? ঐদি কনানো মং থংজ্রবরা ?//

থম্বাল। মনাই ঐ য়াম্না মুন্না থংলৈ। লাঙ্গমিংথৌ! বাখল ওমহন্না তোয়বা থোঙ্গমুম্না লৈহাও লৈয়েন্দ ঙাওছুবা অমুক্তা চেক্রবা মহোশাগী থাবরা হু কংছুবা মিংবা কাঙ্গবা পাঙ্গখিবওম—লৈবাকী মথুংতোনা বাখল মুক থেমখিবদি মথোম অমা ওঙ্গনা বাদবা ওমজরে লাঙ্গমিংথৌ!

মিংথৌ। হঁ।— মপী হকোজি বাটে কম্নাবা অথি বাচাং থিথিক্না কাওহনবন্ন ওম্মবোজি মুথংপন্ন ম্নাবমৌজি—হাইবু—মখু পোকপা অহম্নবম কথারো ? ইথোংবা থোংবা চম্ভুবা হাঙ্গেপে ?

ইবুথৌ পাথংবনা থংখিবা ওজীসনু মখু ঐপী থম্মোঙ্গী মবেম্মা —

থবাল। [ ফিংবা লাওবা ] লাইমিংথৌ ! বাটে অদু হন্না হন্না ম্ন ম্নাথং ভাকপিন্নু। মনাইনা ইপামক্কি থঙ্গহুনা মতম থম্না ম্না থৌপলজবথি—লাইমিংথৌ ! (মনাইদি মীবাই-পুবীখি ইপুমোজীবগী ম্নাথং মক্তুনা মিকুপ অমত্তা মীমাংদ লেপ্পা ওমজদ্রে।)

[ লাওবা থুবা চংথ্রে। মিংথৌ মুম্না য়েং, থিংবা কাউবা —]

মিংথৌ। ম—বু—ম—পা—ম্ন—বী ! কথিবো ওদি ঐখা তৌখিদিবো ? হেনোই-লমলৈমমা পুণ্ডম হকচাং হাপোই হাপোই বাথল লৌশিং ইমাং-মাং—

* * * * * *

উপম কোমেং কৈরুংবা !

কৈরুংবা। [ চংলক্কুবা থুমম্না ] ম্ন ম্নাথং তাকপিদি ইমিংথৌ !

মিংথৌ। আদো-থলজেমবী অদিদা হাওশিংবা পিমকপা ফিমোথ অচা-অথক পুম্নমক লোইবা পিরু। চংনু কৈরুংবা ! মহুপদা থিমথিহুনা নুপীসি কথাদো মুম্না থংলকউ।

কৈরুংবা। ইমিংথৌ! [ খুমচুকা চৎলি ]

মিংথৌ। আঃ—ঙাইথো—হায়রা মিপা যা লৈরিবসি উমরু—

[ কৈরুংবা চৎখ্রে ]

লৈবাকী মবেম্মা ওইগদবীনা
মল ইরোই সেন্দুনা লৈরম্বা
কাওভম্মরোইদবা লমদম!
ইরোই শেন্নবা লমচুংলি!
মিংথৌ ঐনা ওসিদনী "ইরোইশেন্নবা"
হায়না মিংথোনগে।
হে মলজেন্নবী! মল লোইনবী নংবু
মিংথৌ ঐনা "গোমতী" হায়না মিংথোগে
নংনা লমদম তাম্রন্না লৈহৌরবসু—
নুংশি শক্তমদি থম্মোইদগী লাপথোকপা ঙমলরোই—।

[ হয়া য়েংনা চৎখ্রে। কৈরুংবনা চাওভলগী মখুৎ চিংদুনা পুথোরক্লা ]

কৈরুংবা। লাওমে মী ভাবা য়াবা মক্তে।

চাওভল। অরোনবা বাদি ক্ষমদি খাজদেয়া।

কৈরুং। থাজদা থাজদা নমঙইরক্কা খবাল শাক্তোরে—হঁা মী ওইবা হুং ঙময়রেদা—শয়ু ময়া থিন্দোরকপা মক্তে থেঙ্গুনা য়েম্মনবা য়ারেহে। নং। হজিকসিদা লৈমহু খংইরসা?

চাওভল। মাইমিংথোবু করি খংজদনি?

কৈরুং। নুপা মচাসিন্নু অং থংইদবা ?

চাওভদ। থংজৈ, ঐ য়াম্না মুন্না থংজৈ।

কৈরুং। লোঙৈয়ে—হন্দকীসে মং ফম কংজো হাঙবা মতাংদি। কমজাও অমদি শোঙৈত্রে। নুপীসি লাঙনিংথৌদা কংনবা থোয়াংজো—

চাওভদ। কদ্রি থাদো অঙম্বা মনাইনুবীসিদি মবা মপুয়োঙবা নৈবিদি।

কৈরুং। হা— ? মংতুম কম্রি থাদো ? হৌগৎলকপদা কাঙ্গ-য়েম্বা। —নুপীমচা শিমক্তি কয়ুমদো ?

চাওভদ। অঙম্বা ! মনাইসি থায়েদবম নিঙোল অন্নাথম ওংবীদি। মনাইমপুয়োঙবদা খুদসিগী থল-ইয়োঙ শেঙ্গে। অহুবু মশা নামতুম্বা নমাইনুবীসিম্বা মহুৎশিন্দুব' শেঙ্গয়িবদি।

কৈরুং। অতুদি—কম্রি পাম্বে নৈ ? স্না য়াথং নৈবাক ডাহম-বদি য়াদে —

চাওভদ। কম্রি থাদোদে অঙম্বা ! ইদিংথৌন্র মপুয়োঙবা নৈবীদি থংবিয়বদি—স্না য়াথংহু কদাঙদগী তাকপিগদগে ?

কৈরুং। থংসিদি—নুপীদি লক্ষ্মীদি —লেমগুম্বী মপু অমত্তমা লেংদম্বা থম্বা ওথত্রা ? থায়াম কায়দে — মপুয়োঙবতুদা হাঙবীয়ু মৈতৈ নৈবাকগী মাম্বা পাম্বা অমা থন্দুম্বা পিদি। নুপীসিদি লাঙদিংথৌদা কত্তবা য়াদ্রে। নিংখিম্বা

হাঞ্জিবদা মন্নাত্রবা শামু বাক্লম নিংথৌ বাক্লম—পোঙৈযে লমদমসিদা মথিংথিদো। মসি মংবা কময়বা শিকপনবনি। ওসি হাওবা কৎলকঞ্জবা পোৎশিংসে মংবা অপাম্বদ থম্দুবা লোঝো—কমাগী ককা মং ঐ মতাং অসিদা নিংথৌ ওবা অওবা অমুকং ওঞ্জবা ওংত্র য়েংহৌরসি ?

চাওডন। অহুদা অওবা ! —

কৈরুং। মথা ভানু—ঐথা হাঞ্জিবতা মইল্লু। পংথমমু-মমাঙ্গবক্তা থম্মান শাৎলবনি অয়েম্বদা কেমহনবা হৌমদে—না'ও ইভুং ইল্লু—

[ চিংথুমা পুথে ]

Light off

## ২বা উৎপা

## "মাঙ্গোল"

[ স্নাজাও বোড়া শেগাইবা অমগী মথক্তা থুকউ থুদক কুম্না লাইহৌ তৌমা মিক্তুম্না লৈরিবৈ থম্বাল শিং কোকথোংবনা চংলকই ]

থম্বাল। য়াম্না ওমত্রবরা ?

স্নাজাও। কৈন্নু থোঙ্গদোকপা তৌদে ঐশিং থৌয়াংজুনা থিত্তুং থকচল্লুয়ে অহুদা লাইহৌ হৌদোকখ্রে। মং ওন্নপ লাকপা করেদা শিং থম্মুরগা বা অমা তানসি।

[ থম্বাল ইমুংদা শিং থম্মুরগা পোয়কই। স্নাজাও মাহেনা লৈ। ]

থম্বাল। করি হাঙ্গগে ?

স্নাজাও। মংগী বাখিদা—অহুবু ঐ য়াম্বা বারমন্রে জাইনা থো-জাখিবিয়ে—মংওঙ্গ হাওঙ্গ পাথংলুরমান্রে অহুদা শিত্রবা অহল-লমনশিং ওঙ্গনম্নু তৌই—খিপ: অমনা—"হুন্নেং থোং হেক চাদবগা কোম্নিগী তেংকোং অমদা স্না মচেৎ অমা হাপ্তুম্না পাথংবদা কৎচৌ মংগী অবা অমা পুম্বা কোকচল্লি" "হা"—অহুবু ঐগী পাম্বে লৈতে শেখ অমা কাওবা হুমদা লৈতা। কমাদা হাইজরুজুনা পিবিমি। পোৎ চৈ অমা লৈ হাইজুনা য়োম্লুমি হাইম্নু লৈতে। পুম্মিংগী পুওমত্রবা

অবাবসি নংগী শরুকস্থ থুংগদবগী ঙাঈঙমদনা লৈয়মহুমা নংঙোন্দা তমলি। চানিংঙাঈমকস্থ লৈত্রবা নং ঐনা কদাঈ-দগী সেন্না লৈরুম্নি? অবাবগী মথক্তা অবাবতা ওঈয়ু তমথুমাল্লেদো।

থম্বাল। অচুদি ঐ ঙহাক কৈথেম য়োক্লগে? মথন্তা লৈয়ন্বা ঙমগদ্রা? য়াম্না ঙমদ্রবরো?

স্নাজাও। কদাঈদগী সেন্না লৈরুম্নি? নংগী ময়ম্নাই লৈন্নুংদ্রা?

থম্বাল। ঐখোঈগী ফৌ থন্না লৈন্নিবসি তাঈথোক্লগা লাঈগী সোঈদনবা মমিংতা ওঈন্নবস্থ কংচনবা হোৎনসি।

স্নাজাও। হুম—কন্নি বামো থন্না অদু তাঈথুগা কমাদগী লৌ-রুনি! মতুংদা ঙমজবা মতমদা কংচবা হাঈবহুনি। হুজিক হুজিক্কী চানিংঙাঈ লৈতবনা মরুনি।

থম্বাল। চান্নবগী দমকপু—নশাদা ফন্নবদি চিংবুরোঈ কাহুনা তন্বুরোঈ কুমহুনা নোমশিল্লবা—চিঙুনা থোজানবিবা লেপনহুম ওঈহনবিসনু ঙহাক লৈয়ম্মু ঐ কৈথেম পাংলুগে।

[ ইমুং চংখি। চাওভল চংলকই। ]

চাওভল। স্নাজাও! নংবু নশাহু ইমুং মুংঙাইত্রিবন্না?

স্নাজাও। ইবাইতোমলা? কন্নি থবক্কীমো যল মুং কারক্কবা য়াওরদ্রা?

চাওভল। য়াওদে য়াওদে নংগী অনাবস্থ হঙ্গে অহুপা বা অমতংগা ঙাংনগে লাকপন্নি। [ থম্বাল কি মচা অমা থাবৈ। ]

থম্বাল। সোমদা ফম্বীয়ু তাদ!

চাওভল। কৈ ইবেন্মা কৈ !

[ থম্বাল ইমুং চংখ্রে ]

স্নাজাও। ইবাইতোন। করি হাঙৈবিগদবা লৈবগে ?

চাওভল। স্নাজাও ! নংগী সুংঙাঙৈজো হাঙৈবা মুমিৎ শুরেহে
[ থম্বাল ফৌ কোকথোংনবা থোরকই। ]
ইবেন্মা নংদি কদাঙৈ চৎকগে ?

থম্বাল। তাদ কৈথেন ওহাক্ত য়োৌজরুগে। ফম্বীহৌথো—

[ চৎখ্রে ]

স্নাজাও। ঘারেদা ইবাইতোন ! ইশাগী অনাবা লাঙৈথুংসিদা কোকচয়বদি চয়া হেন্দুনা পাঞ্জরবস্থ ফয়ে। সুংঙাঙৈ য়াঙৈফবা কা পামজদ্রে।

চাওভল। নপুক্লিং পংহন হস্থমু ইশেনসিদি ! লাঙৈয়মচা শগোল তোংবা ভন্মু, ইনাকুথনমচা ফৌস্থ লংউ মৈতৈ পাওয়ৌ শোঙৈকদে। নংনবু ইবাইগী মাঙৈ ওাক্লবা—নংস্থ ফমনাঙৈয়ে ইবাইস্থ নপান্দগী নিংথৌ ওম্বা অওম্বা মিংথোন ফংজয়ে। সুংঙাঙৈয়ে ইবুংঙো !

স্নাজাও। করিনিনা ?

চাওভল। কৈস্থ লৈতে নংগী বাহৈ অমতনা হেক্তা লোঙৈয়ে।

স্নাজাও। মবোন্দি হাঙৈদনা ইবাইতা পংস্নুংদা সুংঙাঙৈবিরিসিবু—

চাওভল। সুংঙাঙৈতবা য়াদ্রবনিনে। ওাঙৈথো ঐগী বাসিদি লাঙৈরি মংবু ইশেম মুপী ২/৩ কাদি লোক্সিংদ্রা ?

স্নাজাও। কদোয়বগে ইবাইবো অঙাও অফেদোনা? ইবাই য়াখিত্রবগী তোবনি ময়াইবক খিৱবী মুপী অমা ঐগীদমক্তা মাংডুনা লৈরিবসি কাওবা লৈজয়মত্রবদি ঐতা য়াজয়বম্ভ মুপী মচাসিদদি মুংঙাইজয়মগদবনি হাইনা ময়ক ময়ক্তা খল্লি। ইবাইখোইনদুম মুমিৎ খা উবা হানবিরিবনি খোইনা খংবিরিরিনি। মুম পামবা মুংঙাই য়াইকবগী দমক্তনি লাইরবগী শরুক মক্তে।

চাওভল। মংনা খঙ্গমন চিঙুনা কুবিয়ে মমিং থুংলনি।

স্নাজাও। কমদোনা ইবাইতোন?

চাওভল। মৈদিঙু লিক্লাই ইবুংঙো লাইনিংথৌ! পোইবৈ পুং-মঞোন্দ ঙাল্লিবা! মীপুম খুদিংনা চংজমকম ওইরিবা! ইনিংথৌগী স্না থুয়া খাদা মং ঐ চংনা থম্বালসি কৎচরসি—

স্নাজাও। কমদোবা ইবাইতোন?

চাওভল। ইচন মুপী থম্বালসে লাইনিংথৌনা খোইদানা মুংওল-বিয়ে লৈবাক্তী মবেম্মশিংদা চনগে স্না য়াথং তাকপিরম্মে—

স্নাজাও। করি? নচিন অজুনা শা উচেক খোংবগুম হাইঙম্মি ইবাইনী মুপী ইচেদো পুখত্তুনা মঙোন্দা হান্না কৎচরু—।

চাও। হাই লাইয়া চুদৎনবা নচিন্দু উৎ থাক্তুনা খোইয়ুয়া হা?

স্নাজাও। ঐনা লাইবৈ হাইদুনা মপা কমাগী মপোৎ লিচুমম্ভ চারুদে—

চাও। মং মতোইনা?

স্নাজাও। করি মতোঙৈম্বা ?

চাও। মংগুম্বমন্থ ইপা কা পমবা ?

স্নাজাও। পমবদা মস্তে ময়মচৎকী, হাঙৈয়বদি মথবাঙৈ লোৌবম্বা মত্তিক চাবম্নি। মশ্যক য়েংনিংদে চৎপিখ্রো চৎলো।

চাওভল। হে—হে—শোমজু থুতুমম্বা অমুক্কং শুজনবদা মথবাঙৈতা মাংদম্বা তোক্কদবা। মাগী ফমবা হাঙৈবিরগা — অঙম্বা লেংশল্লকউ লমহেনবশিম্বা ঙাংলিবসি তাবিরব্রা ?

[ কৈরুংবা চংলক্কুম্বা ]

কৈরুংবা। ফজদে মিংথি মিংলিম্বা ঙাংমৌ। মহা মং মচিন ফজমন্দে হে।

স্নাজাও। মখোঙৈ শরৌমভুনা লাক্লবা ?, মখোঙৈ শাংথম্বা ঙাংখিগে হাঙৈম্নিব্রা ?

কৈরুংবা। মংম্বা নিংখিনা ঙাংমনিংদ্রবদি মনিং থুংহনবা তাবে-দম্বা। চৎসি অা—করি হাঙৈয়ে ? চাও—চাও—ভল !

চাও। [ মথুৎ লোম্নমা ] অঙম্বা মনাই চাওভল !

কৈরুংবা। লাও মাগা ঙাংমভুনা কায়দে, মুপী মশাম্বা ম্নায়গা লোঙৈয়ে। চৎসি—

চাও। ফনি অঙম্বা !  [ অনি চৎখ্রে ]

স্নাজাও। হাই— হাই— শিবম্বা ফয়েনা, তাঙৈবং মী ওঙৈম্বা লৈবগী করি কায়রি ? মখোঙৈনা ঐবু—শা ঙাদগীম্ন তোম্না মথুম্নাগী উফুম মম্নিক্কুম থম্নথুবা ? অম্নুক পিদোম্না অম্নুক ইতুশোম্না লৈগদবগী মহুত্তা শিখিবম্বা [illegible] ? মুমদোম্বা

হিংগনি হাঙ্গৈরবদি করিগী মী ওঙ্গনা শেঙ্খীরমই। লাই! পেস্লো— মীপুম্বনা ঐবু লংঅভুনা মুংঙাঙ্গনরি। নমিৎ অদো লাওনা পাংভুনা কুপ্তবা মথৈ য়েংজয়ো। হে—হে—হুম— করিগুম্বা মশানা অবা অমাসি খাংবা ওমগ্রভুনা মশাগী মুংঙাইনবা, মুপীজা ওঙ্গৈবীগী অকে অমৌ পুন্সিদা তুংগী তাঙ্গৈবং খোংচৎ তাম্লগে থোরাংব্রা? লাইবকচাওবী! তমভুনা খোক্ত্রবা অরাংবা থাক কাননবগী পাম্বে থিভুনা নিংথৌ স্না সঙ্গাঙ্গৈ পাংবদা লাইরবনা অপনবা পিবা থোক্লব্রা? অভুমকপু লাঙ্গৈরবী! মুংশি খোঙ্গুন লিভুনা অপাম ফিগৈ ( শেংলগে।) [ হাইরং চৎখে ]

**Light off**

## ৩বা উৎপা

# "লক্ষ্মী"

[ থম্বাল কোরিগী তেঙ্গোৎ পাঙ্গৈদুনা কিজিদা স্না মচেৎ কি তবী চৎলিবৈ চাওভলনা মাং থা কৈরুংবনা তুং থং চংলক্তুনা। ]

কৈরুং। কোরো—থামখোনে—

চাওভল। ইবেম্মা!—আ—

থম্বাল। [হম্না য়েং] ঐবু ওঙ্গৈরব্রা তাদ!

চাওভল। ইবেম্মা!

থম্বাল। করি ওঙ্গৈরবনো?

চাওভল। আ—ইবেম্মা!

থম্বাল। করি হাঙ্গৈবীগদবা লৈবগে?

চাওভল। ইবেম্মা—আ—সিবি—

কৈরুং। হাঙ্গৈত— আ— আ—মংনা হাঙ্গৈদোবা সিগা সিগা ঙাংনগেদি হাঙ্গৈদা।

[ চাওভল কৈরুংবদা তঙ্গক য়েংজৈ ]

ইবেম্মা! সিমিমা—লৈমকোন্দ শাত্তুনা নিংথোগী নাপনা ঙান, পোইরে থুংনা নুংশি লোনম শিন, ফজ মঙান ফাওদোবী অহেনবী লৈরাংনা থুনক লৈরক্কা হোকম শাৎ কম চাদ মাংদুনা লৈবা লাঙ্গৈনিংথৌ স্না পুক্সিংদা শুংনাংবিদুনা স্না য়োই কোমুংদা লৈরাং ফুক্তুনা পুররুব স্না মাথং তাকপিরম্বমা খোঙ্গুল লিজরক্সিবা ইবেম্মা।

থম্বাল। [ দুংশাথিনা ] অদুগী ওইবীরবদি চৎচবা য়ারেদ্রবা ?
[ চৎলি ]

কৈরুংবা। হাই চাওভল। [ ইনশল্লি ]

চাওভল। [ কিজি কাবনা ] য়াগ্রি—

থম্বাল। থাদোকাপম্ব তাদ! মচম য়াম্না থুনা চৎচন্নিবনি॥
মপেন্দু মথন্তা লাইঁহো কম্না হোহুনা লৈহৌরি।

চাওভল। এঁহোন্দ হাইনু অঙম্বদা হাইয়ু।

থম্বাল। থাদোকউ কনাগুম্বনা উরগা য়াম্না কজরে।

চাওভল। কমদোবা অঙবা ?

কৈরুংবা। [ থম্বালদা য়াম্না নক্লা চংশিল্লা ]
ইবেন্মা! বাথল থেল্, নবুংথোইবু মাই ঙাক্লা হরাও-হরাও স্না কোম্নুং তাম্না চৎসি। হঁা—

থম্বাল। [ কৈরুংবগী মথক্তাইদা থুবাক্লা থাদুনা ] চৎথোকউ (হুইগী) জাৎ!

কৈরুং। [ চাওভলগী মথক্তাইদা থাদুনা ] অপং! চিংউনহে মশা লাক্কুনা—লবাইসিদে ?
[ কিজি পাইদুনা চিংবদা মফি তংথাই তানা শেগাইরবী থম্বালনা কিজিদা কোরি তেক্লোৎ কিশিন্দুনা থ্বাংজেৎ মচি লাংনা— ]

থম্বাল। মথোই নিপানিদো পাঙলবনি! শোরবী মুজাগী থরাইগা হকচাংগা থাইনত্রি কাওবা থাগম্বকো।

চাওভল। সি য়োরবদি অঙম্বসু য়াওবা চিংওসিদ্রবা ?

কৈরুং। নংসিদি—নিংথি কজনা হাঔনবা য়াত্রেদনা ? ঐখোঔদা অয়ানবা শিকত্রেদো ?

চাওভল। হাইনু হাইমি—থম্বাল নং য়াথল খেনমনখ্রেদা ?

স্নাজাও। [ চংলক্তুনা ] ইবাই! নচয়া করি হাঔরিবা ?

[ কৈরুং, চাওভল য়েংনৈ ]

থম্বাল। [কপ্পা] ইবুংঙো। মতু শোনবগী লৈফম ঙৈত্রবী পোইরৈসিদগী য়াংমা লায়া চৎখ্রসি লাকও। [ চিংডুনা পুই ]

কৈরুংবা [ কানা ] লমহেন্নসি কজরোইকো।

স্নাজাও। ঙাংনিংই হাঔডুনা পংঙাং ঙাংবিয়েনা অঙম্বা!

কৈরুংবা। নচিন থিনুহে [ মচিন্দা ফুডুনা নমথুনা ফুথি ]

চাওভল! করি য়েংই ? চিংডুনা পুনহে [ চিংথি ]

থম্বাল। লৈবাক মচাশা কনা কনা লৈবগে ঐখোইবু অমুক্তা কনবিয়ু থ্বাইস্র কুম্মেদোনা য়েংবিয়গনু।

কৈরুংবা। কনা চংজরকনু। লাঔনিংখো স্না য়াথংনি। অরুব চৈয়াক কংজনি।

[ মচিন য়েন্দুনা চিংডুনা পুখ্রে ]

**Light off**

৪বা উৎপা

# উজ্রা মমাং

থাং তা পাঙবনা কোঙনা ভাক্তুনা, পুম্না মম্নাম খাগা অৱাংগা ওম্না শিংথন নাইনা পৈথৎ, উচুক ৬ য়ুংতুনা কা, উচিবা মখি য়ুংতুনা থাকন (চান্দুবা) খল্লি। চফূ অমা ঙশিং হাপ্তুনা লৈ, মনাক্তা থাং অমা হুমাই অমা লৈ, মৈহুম খয়ম্নু থাৱি। মিংথৌ অমসুং শান্তদাস কমতুনা য়েংলিঙৈ

[ নিপা মুপী মম্নাম্না মপান্দগী— ]

মাংলে মাংলে ইনিংথৌ!—

মৈতৈ ঙরুপচা পুম্নমকপু অমুক্ত কনবিয়ু ইনিংথৌ!—

মাংলে কৱি মতোমো ইনিংথৌ!—

লাইওঙগ্রবা ইপা ইপুশিংনা থবীমবা পুম্না মম্নাম্নু থাম্বী মৈমুংদা অরেম্বদা মাংহনবীগনু ইনিংথৌ।—

লৈবাক ঐথোঙদি মাংলবা হাঙবন্থ ওঙরে—/

শাস্ত—(হোমন্তুনা) কদ্রিগী মাংবা? মখোই মীয়ামগী কনবা ঐনা তৌবিবা। মৈতৈ মখোঙগী পুয়ানশিং অসিনা মখোইবু মাংহন্নে মরক তাহন্নে মখোই থংদে। মৈতৈ লাইরিক পাবা, মৈতৈয়োলনা ঙশৈ শকপা তাবা—মরক তাদি। অমুক মুংথিল শিবা কাক ওঙদি। অহিং শিবা মকু ওঙবা লোঙদে। কেন [illegible] লাইদা থংবা বা য়াওদে। কান্নদবা, ময়েক মাংবা—মৈ থাতুনা মাংহন্রবদি মখোই মরক তাতুনা লৈদি। মখোই থংগ্রে—

মিপা খরা—তানিংদে ময়াং মচা ! ইবিংথৌদা হাঙৈজবনি।
ইবিংথৌ য়াওড্রবদি মৈতৈ ঐখোঙৈবু মাংবা শিনবা,
মৈতৈ ঐখোইগী মরু ওইনা য়েরুবা নাংগুম্না অমা মাংহনবদি
মিকুপ ফায়োঙৈদবনি।

শান্ত। রাম রাম ! কয়া পংবা—মখোঙৈগী লান্দবী থৌরমদা
অপনবা পিরে ; মহারাজ ময়াম অসিনা নাংডুনা লৈরবদি
অফবা পুম্নমক মাংবা তাই—( কমফন্দা কনই )

নিংথৌ। করিমতা চিংনবীগনু লমহেনবা য়াওরকপা পুম্নমক
ঙাক্লবা খুৎলাই পাঙৈবশিংনা ঙাক্রি। পোঙৈদে মৈনবাকচা
পুম্নমক ! মিংথৌ ঐনা লৈবাকী ফনবা থৌরম পাংথোকপদা
য়েংডুনা কাঙৈনবা শিনফদে। গুরুদেবনা তাকপিবা পুম্বা
তাগে হাঙৈবা মীশক মথৈ তুমিন্না য়েংডুনা তাবা য়ানি।
লমহেল্লবদি অরুম্বা চৈয়াক ফংজনি নশানা থংনা মফম
অসিদগী চৎথোকখো। গুরুদেব ! তাকপিগদবা পুম্বা চিংনবা
লৈতনা তাকপিসি—

শান্ত। হে মহারাজ ! মৈতৈগী পুরান প... ...ম্ব তৌগদৌরিবা
অসিগুম্না মহারাজগী লৈবাকী ময়া শিন্নগা তৌরম্মিবা
অওং অচুম্বগী হেক্সৎহনগদবনি। নিয়মদা—অঙাং চহি
অহুম শুড্রিবদি মৈদা যজ্ঞ তৌবা য়াদে লৈবাক তৌডুনা
কুমও। চহি অহুমদগী হেনবা পুম্নমক্তি মৈদ যজ্ঞ তৌবা
সুমিত্তগী সুমিৎ ১২ মি শুমগা য়ুমশেংবি সুমিৎ ১৩ মিদা
শিরিবা অচুগী শাগৈশিংমা শিখিবা অহুগী পোক্লোটি

সম্পোৎ লাংচুনা ব্রহ্ম রাক্ষসদা কৎকনি, সিনা অশিবগী বানি। হে মহারাজ! লাইর অনংগী চংজকম মপু ওঙ্গৈবিচুনা গরিবনেবাজ মিংথোন ফংবিবা! শ্রীহট্টকী মরাং লম্বোইবা ঐবু ধর্ম্মগী বায়েল পুহনবিবা, মহারাজগী রাজ্যবু অনিশুবা রামরাজ্যগুম শেমজচুনা রামান্দি ধর্ম্মদা মৈতৈ পুম্ব চিংশরবা বাংথৈ লৈকাঈদা শ্রীরামজী প্রভুগী মূর্ত্তি লিংথৎনা পুখ্রি অচৌবা কৎচরে। প্রভুগা থানবা য়াদ্রবা মনাই ভক্ত হনুমান ঠাকুরনা মাগী মূর্ত্তি লৌবিচুনা হুইমুক্তা নির্ম্না পৃথি নিরুা ফাওরবা, বকদন্ত বন মহাবলিগী মনুং হৈবোং শিদবা মথোংদা মৈতৈ লৈবাক্কী লাই মূর্ত্তি মথে থোমচুনা ফুমজিনগদবনি। হে মহারাজ! অনিশুবা বক্রবাহনগুম য়েক্ক মরাই লুকহন্না প্রজাবু মরা ভগ্না ঙাকপিরিবা! হান্নগী মৈতৈ ময়েকশিংসে মীগী অক্ষর নত্তে, মাংহল্লগা অনৌবা ময়েক চৎহনগদবনি। অতৈস্ত্র য়াম্না লৈরি, লাইরিকশিংসি হান্না মৈদা কৎখিসি। ঐ মাং থামা চৎচগে ঐগী তুং ইনবিরকউ। [চৎকে তৌই থোংমাং চংলকই]

থোংমাং। [খুররা] ঐবু সীজবা ইবুংঙো লাইনিংথৌ মিংথৌরেন অথোঈবা! মুমিৎকুম মশেংচাউ থবাগুম মঙাল মাই পোইরে মৈতৈ পুংময়োন্দ ঙানবিরিবা! লৌরেঘা থোংমাং থাবা, বাথল থেনবা, লৈপাক্তা পকপা খুরাখাদা লৈবা তিক্লোই মাপীগুম্বা, উচেক মচা ময়োল ভমথৎলকপাঙমলিবা—মবাইনা, মুমিৎকী মঙাল মরুম লংবা, লাইগুম্বা অহল

ইপাগুম্বশিংমা হোনখিনা তিন্নমগী নৌ চৈঙ্ঙাক নপুন্থ ইমঙগনবা, উচেক পাঙৈবা চৈকাঙ্গনবা নাপী ময়া নক্কা পাঙৈবগুম স্না থোগল ইঙ্গরক্লবা ননাইনা হাঙৈনোঙৈনবা চাঙৈজা, হাঙৈগদোবনা হাঙৈজনখা অঙাংগী মোশিংগুম্বা ইহৌশানি খনবিদুনা ঙাকপিৰৈবা ইনিংথোনা ঙাকপিয়ু॥ মন্নাং গুরুনা হঙ্গৎপা মতুং ইন্না মীওঙৈবনা অমতং কাংঙ্গবদা অথোইবা কোনরবা মৈতৈ লাইয়েক পুম্না ময়ামগা মৈতৈ কোয়বেৎ পুম্বগা উক্রা মমাং অসিদা অয়েম্বদা মৈদা থাদোক্ত-মা মৈতৈ মাংনবা থোয়াংবসিদি লৈবাক অদোবা চংলে, তুংগী মীয়োম্না মপা মপু মশক থংদনা মন্নাংগী মীনাই ওঙৈথ্রমিনা লাইনিংথো!

শান্ত। ঐগুম্বনা মহারাজগী অমদি লৈবাকী ফননবা তৌবদা নংগুম্না অঙাং মচানবু করি থংত্রা? হঁা?

খোংনাং। করি? ঐবু নংনা অঙাংনে হাঙৈবদি নংদি চহি কয়া শুজয়ে?

শান্ত। ঐদি অদুৰৈ লঙকা মৈ থাবদ্রা ক্ৰীয়ান্ন পুবা ঙমদে।

খোংনাং। হঁা—অদুথক্তা? নংগী লৈবাকপু ঐগী লৈবাকী লাই-দেবীনা চাবদা তুমগে তৌরদুনা, ইয়াৎ পুজা তৌবদা, হেম্না হেম্না তুমশিল্লক্রবদা, মৈতৈ লৈবাকী পণ্ডিত কোক্লয়ে হাঙৈনহুনা ঐবু কোয়রে, ঐনা চত্তুনা ইয়াৎ পুজা তৌবিয়ে, করে, মতম অদুদা মমানা মংবু পোকপা ঙমদানা লৈমন্নদা ঐনা ইয়াৎ থৌনি লাংবিদুনা মমানা মংবু পোক্তুনা মমানা

ঐবু মমিংগী থোমবিরম্মু হাঙজুনা "শান্তদাস" কৌবসি ঐননি। ঐদি অা অচুঙৈদগী ওসি কাওবা লৈরিবনে। অঙাংমবা!

শান্ত। মহারাজ! সিগুম্বা থবতকী অপুনবা শিন্দুনা প্রজা অম্রাম্বনদি ধর্ম্মসি পাম্নরবদা চাং মাক্কা চৎপা ওমমত্রে স্না বুদ্ধি ত্তৌবিয়।

মিংথৌ। করিমত্তা চিংনবিমু গুরুদেব! ধর্ম্মসি চৎলু য়াদবা মথৈ শাগে মাতৈ গুনা থোমগস্তুনা চপমান্নবা চৎনমবা মুংজেং মোংখুং বারক বাশরুগনি। লমহৈমবশিংনা লোইথানি

শান্ত। চুমই মহারাজ! হৈত্তনা অহৈ শানিংবা থংদনা অথংবা ওঈনিংবাশিং থরা দণ্ডি পিনা কিহন্দবন্ন য়াদে।

খোংমাং। করি ময়াং মচা! মংনা হি-মাই শাজুনা অমত্তা ওঈবা মৈতৈবু মশুং অনি থোকহল্লে? ওয়াংতা মথবাই কনবিথিবচু কাওরব্রা? মংনা মৈতৈদগী করি হেম্মুনা? মংনা লাকপদা নং ঐ মহৈ তাম্নবদা—ঐনা হিয়াং হিরেন য়াদা য়োৎপদা মংনা হঙ্গাম মরু উত্তোং অমা লৈবাক্তা হৈদোক্লগা থুমু ওঈজুনা থুল্লে, খোংমাং থাবা ঐনা হৌদোং ওঈজুনা লাকে ত্তৌবদা মংনা কিজুনা চেনখিবা। মংনা মহাবলীগী হিদেন্দ বথোই লরিম চিংথোক্তুনা চান্দদা ঐনা তেংপাক মতুম অমা লাইবা শোন্দুনা ঈশিংদা হুম্নবদা হুক্তিনবা ওমদজুনা শিবা তাম্নবদা মীন্নুংশি থংলবা মৈতৈ ঐনা মংগী মথমাঙ্গ কনবিথিবা, মং ঐত্তা মত্তা লৈবাক

মীয়াম উখিবা মাইথাবা ময়াং অহুবু মং মন্না ? মংবু লাইনা লোইথোকপা ওবা এমি লাইনিংথৌতবু য়েংবদগী থা ত্রেক চিল্লা থাংবনিবে ময়াং !

নিংথৌ। গুরুগা ইপুগা অমিমকখা হাজিনবা অসিনা চুমই অসিনা চুমদে হায়বা ঐ থংদে। মতুংদা থোয়কপা থৌদোককী মতুংইন্না গুরুগা চুমলে, ইপুনা চুমলে থংনবা তারে।

থোংনাং। লাইনিংথৌও। স্না পূক্কিং অহু য়ৌথিয়বদি কনে ইথিংথৌ ! স্না মাংনিদা ময়াং গুরুদা থাকম অমতংদি হংজগে স্না থোংদমবিনি ?

নিংথৌ। হংবা য়ানি ইপু ! অহুগা ধর্ম্মগী মরীদা চাংনবা ওজিরবদি পংকুই কুইথোদা ওসিনা অয়োইথা লুমিৎ ওইরনি।

থোংনাং। ইথিংথৌ ! স্না হাক্তকসিদা মৈতৈ পোইরৈ লমদমদা মতম কুইনা কাওয়রোইদবা লাইনিং লিচৎকী থাথোক অমা ওজিয়েদো। মথাইন্থ ওসিনা লোঙ্গজয়ে। হায়রু ময়াং গুরু ! মহাক্কী ধর্ম্মসি মমিং করি কৌবগে ? কজবনা করি ?

শান্ত। ধর্ম্মসিগী মমিং রামানন্দি ধর্ম্ম কৌই। মীওইবনা তাম-গদোথা অথোইবনি। ধর্ম্মসিগী মাহাত্ম্য থরদং মহারাজদা হঙ্গংকে পণ্ডিতম্ন তাও ;—

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি যুগ মসিগী মনুংদগী ত্রেতা যুগতা শ্রীপ্রভু রামচন্দ্রনা অবতার তৌথিহুনা, মী, লাইশিংগী অকথা নুংঙাইবা ওজিনবগীদমক কত্রনা হিংচাবা থিবিক মাংহল্লবা, অযোধ্যাগী রাজা রাম পণ্ডিত পাবম

পুন্নমক্তগী থোঙ্গৈদোক হেন্দোক্লবন্না প্রজাতবু পেন্নহনগে হায়বগী দমক্তা শ্রীরামচন্দ্রনা গর্ভাবতী ওইরিবী সতী সীতাবু বন্দ হুন্দোকখি। পুঙমত্রবা অরাবু থাংহুনা সীতানা "হা রাম হা রাম!" হায়না বাপ্পুখি। ঋষি বাল্মিকীনা আশ্রমদা থমহুনা সতীনা মচানিপা অনি কংখি। মচা অনি পুংকক চাওরক্লবদা মমা মচা অহুমবু শ্রীরামনা কৌশিন্দুনা প্রজাগী চিংনবা কোক্লবা সীতাবু অমুক হন্না মৈ ঈকপা তারবদা লৈবাক লৈমা চোংথোক্লক্তুনা সতীবু লৌশিনখি। বাবতনা শ্রীরামস্থ লোঙ্গাখি। অস্নুপকী মতিক মনাইবু চান্না স্নুংশিখি।

খোংনাং। হায়রিবা অহু মনাইবু চানবগী খুদমদা?

শান্ত। উম মাখি। মী মহাক অহুনা মশামকপু কাওথোক্তুনা ঐকান্তিক ভাবতা, ভগবানগী প্রেমদা লুপচবা ওন্নবা, মাবু শোঞ্জবা কৌজবা ওন্নবদি শ্রীভগবান্না মহাক অহুবু চিংশিনখি, পরমাত্মা ওইবা ভগবান্দা জীবাত্মাহু তিনখিবা ওমই হায়বদি মুক্তি কংই হায়বা উৎপনি।

খোংনাং। হাঙ্গৈরিবা বাহুদি মৈতৈ লৈবাক্তা চৎলম্মিবা লাইনিং লিচৎ সিদদি লায়কম লৈত্তে সিরা?

শিদবা য়াইবীরেন্না মাগী হকচাংবু থাদোক্লগে মিংহুনা চৎখ্রবদা—ঐ হন্নকে মিংলগা চৎকদবা নথেল। হন্নক্রবোই হায়রগা চৎকদোবা নথেল। তিনশোল লাইশোল, লাই-মিঙ্গী হৌনবী, লাই লাৎপা মলাৎ শঙ্গোক্লা থংখিজবদি

মোংমা তাকপিগে। ওসিদি মতম শাংনা তাংনদনবা য়া য়াথং তাকপিৱেদে। মৈতৈ লৈবাক্তা নংগী ধর্ম্মসি শন্দোক্ল-বগী মরমদি ?

শান্ত। ভারত্তা লৈবা হিন্দু আর্য্যা অয়াম্বা ধর্ম্ম অসি চৎপা ওাকনি। ধর্ম্ম মায়না চৎলগা মৈতৈগী অকবা চাওখৎপা ওঈনবা ঐনা শিনবিবা।

খোংনাং। হাঁ-হাঁ- রাম সিংহ্রবদি ঐখোই মৈতৈ হাঈবা জাৎ অমি মী ওঈদবা তায়ে হায়দুনা নংনা মৈতৈগীদমক্তা য়াম্না থাবিদুনা নংগী ধর্ম্মসি অমতুনা চৎহনগে অসিবা ?

শান্ত।—নত্তে, নত্তে পণ্ডিত ! মীওঈবা ঐখোঈনা চৎকদবদি—অকবা, অখোইবা, চাওখৎপা য়েংগদবনি। ধর্ম্মসি মী-ওঈবনা চৎকদবা অখোঈবনি পণ্ডিত !

খোংনাং—হাঁ—অখোঈবা ? মীবু লাঈওইবা মহাক্কী ধর্ম্মসিনা মৈতৈ ঐখোঈগী লাইনিং লিচৎতগী করিদা হেন্দুনা অখোঈবা ওঈদৌরিবা ?

শান্ত—পণ্ডিত ! মীওঈবনা জ্ঞান তারক্তি ছৈদগী লৈরম্বা লাইরিক্তি বেদ ভমি। বেদনা দেবতা হাঈরগা থংনরিবা ঈশ্বরগী শক্তি চংদুনা অবতার তৌবিরিবা মতিক মগুণ চাওবা অখোইবা দেবতানি।

খোংনাং—হাঁ হাঁ—মদু ওঈদবা য়াদে হাঈবা থাকম করিনু লৈতে। খৃষ্টনা খৃষ্টান ধর্ম্ম হৌদোকই, মহম্মদনা ইসলাম ধর্ম্ম হৌদোকই, বুদ্ধনা বৌধ ধর্ম্ম হৌদোকই। মৈতৈ ঐখোইগী

লাইঙ্গিং লিচৎতি হৌদোকপা মীশক লৈতে। কুরিগুবা অকপা লৈত্রিবৈ (তিঙকাকোক )ওইরমই, মতম অহুদা মাতদি লৈ, মহাক্তি মাতগী মপাঙ্গলবা লৈবনি। লৈরম-কনগী তাইবংপান অসি মাসি মতিক ময়াইবা লৈবা, তাইবং পুরককিগী মপু মাবু মৈতৈনা "শিদবা মপু" কৌনা লৈশেমতৈদগী ওসি কাওবা লিবা শৌমরক্রি। মতৌনগী হানবা অশোইবা অমা লৈ হাইবা কনাবনু থংকম থোক্কে। মথোঙৈনা দেবতা, মৈতৈ ঐথোঙনা চিংভু, থবুম, লাই অমুনা হাইরগা থৰবিবা অসিদি কাইনথংলা তাইবংপানবদা মী কৌবা অনিবা য়ামথংনক্কু বা কাংলুপ কাংলুপ থাইচুবা তাইবংপানবদা লৈবা মপুগী মতিক ময়াইবা মহৌশাগী ওইবা লোংদি পাম্নিবা পোৎশিং অসি মী-ওইবনা উরগা অকিবা অমদি অপাবা পোক্কনা—মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, অতিঙা, লৈবাক্লাচিংবা মরাম অসিবু লাই ওইনা লিংবা কাংবু। অহুগা অচম্বা মীনা তৌবা ওমনবা—থৌদৌ, লিচৎ, মতিক অহু উহুবা লাইনি হাইনা মীনা থাজখিছুনা মীনা লাইগী শিংদা চমথিবা কয়া অমাবু লিংবা কাংবু। অসিদা মতা মচা মগু শাগৈ য়াম্না চাওহুমা মপা মমা অপোকপবু লাইনি লিংহুনা পুকোক অহুবু লিংবা কাংবু। অমুমনা মথোইনা—সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি যুগ মরি হাইবা, মৈতৈ ঐথোঙনা হরিচক, কঙ্গাচক, লাংবচক, কোনচক চক মরি হাইবা, অসিগী থক্কা মৈতৈ

ঐখোইগীদি চক মখি—কোহংকো, খোইহংকো, ভয়োহংকো, পোইহংকো, চক মিপান অমিগী মন্থংদা তোঙাম তোঙানবা মীওইবা কাংলুপশিংনা তোঙাম তোঙানবা লাইনিং লাইশোন মতুং ইন্না তোঙানবা লাইনিং লিচৎ ময়াম্নি। মশা মশানা অপাম্বা চৎচগদোবা কনানম্ভু কনাবু মমহুনা চৎহনবা য়াকোই। ওম্মি হাইহুনা মমহুনা চৎহনবম্ভু কুইবা য়াক্রোই। পুন্নমকশিন্থ তোক্রো—ময়াং গুরু। মখোইগী বাঙালী কাংলুপ পুন্নমক য়াম মিংহুনা মংগী য়ামান্দি ধর্ম্মনি হাইবসি চৎলক্রা?

শাক্ত—পুন্নমক্কি চৎত্রি—

খোমাং—হাঁ—হাঁ—কনিগীনো? বাঙালী অয়াম্বদি শাক্তনি দুর্গা মিহৈ। কাংলুপ অমনা মৈতিংঙু ক্যাম্বা মুা হাকতক্কা শকাব্দ ১৪০৭ দা মকোই খুয়াইওমদা চৈথাবা ননদা থাগী পুর্ণিমাদা পোকপা চৈতন্য মহাপ্রভুবু লাইনি হাইহুনা মাগী বৈষ্ণব ধর্ম্মদা নদীয়া শান্তিপুরগী বাঙালীশিংনা চৎমরক্রি। মংগী কাংলুপ পুন্নমকপুদি অকবা, অখোইবা, চাওখৎপা ওইহল্লিংদবরা? মংগী কাংলুপনম্ভু চত্তবা—পাময়দবা মংগী য়ামান্দি হাইবা ধর্ম্মতুবুদি কনিগী দমক্তা মৈতৈ ঐখোইবু চৎহনবগে খোয়াংলি? মংনা থমি—মৈতৈ লৈবাক্তি চিংনা ইকোই কোইশিনবা পৃথিবীগী চাওখৎপগী মঙাল ফংদনা হৈবোংমতুং তিলগুম লৈবনি। থয়া ঙাং শকপা হৈমগা শক্লেমহা অমমা শল্লুপ হোইবগুম লোইনা হোইবা য়াগনি। মৈতৈ লৈবাকপু মংগী মথাদা থমগে, কোংতামী কো-

খাঈদুনা চাবগুম মংগী শাগে মাতৈ কাওবগী ভুংগী লম্বী শেমগে নঙ্গ্রদো? খংঙম্মোই শিংজমু। মংদি অঙাংনি। শান্তদাসনা মিতঙ্ফমদা নমু মমি লাক্লিঙৈদা ভাঈবং মঙাল ফংলবা লৌমেম্বা খোংনাং থাবনি খংজো।

শান্ত। মহারাজ! কমদোজো হাঈবা?

পণ্ডিতকী? বা ভাথন্নিসি হাঈবিবরা?

মিংথৌ। গুরুদেবনা শুম তৌরগা অকবা ওঈনি খনবিবা চিংমবা লৈতমা ভাকপিসি।

শান্ত। অচুদি মহারাজ! [ চক্ষু পাঈখৎলে খাং মৈচুম পাঈরে ] পুরানশিংসি থাগ্রিঙৈদা ৭মক কোইদুনা চুথেক মমিমক্তী চুকতা থাংনা হকনি ঈশিং হৈগনি মতুংদা লাইরিক মৈ-চুনি। সুমদোমা অশিববু যজ্ঞ তৌবা মতমদা মচামা মনাওবা মাগী শাগৈনা পাইহল্লু। মশা ভুমগ্রিঙৈদা চিন্তামনি লৌগনি। সিদন্থ মওমা মৈতৈগী হান্না কুমদুনা খমলিবা চিতামনি গুমা ফুকতোকদো থাওদা হান্নগা মৈতৈ লৈপাকী মোংগোক লোমদা চন্তুনা হিমালয়দগী চেন্নকপা ভুরেন ইরাবতী কোবা অচৌবা অমা লৈবন্নি মতুদা লোইমা থাদরু।

মিংথৌ। গুরুদেবনা ভাকপিবা মতুং ইন্না শামুদা হোন্দুনা থাদজগে।

খোংনাং। সুনা পুক্লিং তপথবিয়ু লাইমিংথৌ! খিংজবদি মনাইগী ইতিক ওইদ্রেদো। অদুবু মনাইমা সুনা খুন্নাখাদা থংজবা থন্নদং হজৎচরমগে—মপান মন্না ভাংদ্রবা লৈপাকী ভীমশোল

লাইশোন ভোক্কু্মা অনৌবা লাইনিং লিচৎ হোংদোকপদি লাইনিংথৌদা নত্তা লৈবাক য়াইকরোইএ। চহি কুমজা মশিং লাকওবদনা য়াতাথুবা লাইওইরবা লাইনিংথৌশিং য়াওনা শিথুবশিংগী মংথোং হাংবদি স্না লৈবাক অশিঅনা নংবদা নত্তা মৈতৈ অয়ি অমৌগী বাথোক্তনা লৈবাক অসি মহি লাংল-নিদো ইনিংথৌ। ওমকত্রবা মতম্না লাকচয়ক্লবা, লাইনিংথৌনা অবাবা তারবদা ময়াং গুরুনা শিনবিরোইদো ইনিংথৌ! হুঁম—লাইনিংথৌগী থৌজালবু চিংয়োলতনা ফংলবা হে গুরু নংগী রামায়ন্দা লৈবা নিংশিংউ— নংগী রামচন্দ্রনা সীতা কাঔনরবদা য়োং নিংথৌ সুগ্রীবনা ভারতকী মাইকৈ পূম্নমক্কী লৈবাক খুদিংদা য়োংশিং থাদুনা সীতাবু থিহনবা কান্দা পাওমেনখি—চীংনা ইকোই কোইসিনবা লৈপাক অমা লৈবনি লম অদুদি চংলুগনু মদুদা চংলুরবদি নখোইগী থরাই মাংজনি পাউ হন্নকপা ওয়োই। মদু ভারতকী মোংপোক মৈয়মদা হুজিক লৈরিবা মৈতৈ পোইরৈ লমদম সিনিদো। নয়ুম হনবা ওমদা নমং থিবা লাকপা ওঈনা খোকনি চেকশক্তোদো হে ময়াংমচা!

লাইনিংথৌ! নমাইনা মতম থরদং অপনবা পিজরে ওাক-পিনি ইনিংথৌ! [ থুরমদুনা হনখ্রে ]

শান্ত। ওাংশকপদি কনা চংথোল্লি।

নিংথৌ। গুরুদেব! মৈতৈগী অথোঈবা পণ্ডিতনি। কিদবা ওমদবা মীশক অমনি। নাবা চপ হুংবা নিংথুবদা ঐনা

নিংজম্বিবসে পাংখোকপা ওমদোৰা লৈতে। হৌজিক্কি গুরুদেবনা নিংবা পুম্নমক পাংথোকপিয়ো।

শান্ত। অদুদি মহারাজ! ঐগী তুং ইনবিরকউ।

[ শান্তদাসনা চফু ১সুং থাং মৈহুম পাঈনা ৭ রক কোঈ-তুনা চুক্তা থাংনা হক; ঈশিং হৈত্নুনা মৈ চুরে। নিংথৌনা তুং ইনখি। পুম্না ময়াম মৈনা চাক্লক্লবদা— ]

লাইরেমা ঈশৈ :—

হো.........মুঙোন পাখংবা নাওয়োমও
উত্রামাং খাম্বীনা রাইকরোইয়ে
গুরু খোংদা থুপখরো
থাংজিং লোম পাইখরো।
[ মুঙোম, পাখংবা মাওয়োম পাইখয়ে।
শান্তদাসনা হুমাই হুম্বদা ]

ঈশৈ :—

হো—তাওরোইনাই নাওয়োমও
চিংথৈরোমদা পাইখরো
শিংখল নাওয়োম য়াংবীথিরেন
ভেয়া অঙৌ মখোংদা তাখরো
লাজোল কুমরোক মিংথৈগে।
হো—শাকোক থিরেন কোয়বেংও
মাজিং শাকোক চিংদা লোংখরো
মমু তাইবং মিংলাংমকরোইরে
লৈমরেন শিদবী অজিকে॥

[ পুন্না মরিগা লোঊনমা চাত্তুবা পুন্নামথৈ মৈনুংদগী পাই-
রমদাইদা মৈ চাক্লিবা পুন্না মন্নাম চাইথাইরম্লগা পাইখ্রে।
শান্তদাস অমসুং নিংথৌ কিনা গুকতুনা য়েংলম্বদগী— ]

শান্তদাস। রাম রাম!

[ হন্দোক্লা থবাক্কী ফুরিৎ হাংদোক্তুনা হুন্নগা— ]
করিগী মৈশানো? মহারাজ! ওঃ য়াম্না শাখ্রে—চাক্রে—
হকচাং অসি অসুক শাবা করিগীনো? মৈগী মথিলনা
শাবা নক্রে। রাম রাম! ওঃ—আঃ—
[ থাংব ওমদা লৈমাই থক্তা ওমথোক্লনা থাংথি ]

নিংথৌ। ( কিনা হুমদুনা ) করি মতোনো গুরুদেব।

# Light off

## ৫শুবা উৎপা

# "লক্ষ্মী"

খোংনাং। [ শাওনা চংলক্কুনা ] হে—হে মম্নাং মাগুম্বনা পুংশুপ শুপ, য়ুমদাংবনা কৈনাবা, মৈতৈ পুম্বা উৎকুম খল, লমগী শলনা মচি শাং—অবাবনি—চুম্নগী নিংথৌ মাগী পুম্নাতা নত্তনা মৈতৈ মাইচৌশিংগী ময়ুমদা লৈজবা পুম্না পুম্বা খোমগৎতুনা চাক্লবা থাম্বী মৈন্থুংদা উৎ ওইদ্রুনা নিংশিংবা কংদনা চাকথেকহন্দুনা মাংহনবা, মশিগীদমক মৈতৈ পোইরৈ লমদমদা থাজগুম ওাম্লবা নিংথৌরেন নংদি ফজরবা থাজনা মাম্নহিং কাবগুম লাইথুং পকতুনা তুংগী মীরোল কাওবনা শৈশকসি শক্লহোরসনু—

[ পাওনম ]—কৌবা ইরেম মম্নাদা
কৈদা হিদং মশুমাংদা
বাংলেন পুংকাংফু
তরেৎ শেনবু রৈ
তুবি নংমা মরু থাবদি
মুকাক্রে মরু শাৎলে ॥
তস্—

[ ম্লাজাও অহাওবগুম লাওনা চংলকই ]

ম্লাজাও। লাইবক চাওবী! নবু কদাইদা লৈবগে? লাইববা কনা লৈরবা ঐবু নং য়াওনা হন্দোক্লগেবা?

[ খোম্নাংদা ] নং ঐবুস্ত্র কাপে তাঙৈম্রি ? কদাই ঐগী লাঙৈরবী কদাঙৈদা লোৎলি ? চিঙ্গাকপক তাকপ্ত খাও। [ চিংই ]।

খোংনাং। তাঙৈখো নহা ফিল্লম্নু। কদোম্ববগে নংবো ? ভপখো—

স্নাজাও। ভপ্না হাঙৈজ মোঙ্গবতনা ইশিঙ্গাং ওঙৈদব্রুবা, ইথক্তা কাদুম! মেৎলবে। নংগী লক্কক করি পাম্মি ? ঐগী কংলবা ঈ লৌখিগেরা ? লোজোসে—

খোনাং। হাঁ নং মথরাঈ মাম্না শোক্রে কৈদোরবগে হাঙৈযুনে ?

স্নাজাও। নংতুম হাঙৈযু—থংজরদা উশরদা নশাদা খোক্রবদ নং ইংথবা ওম্রি ? নং তাক্রে ?

খোংনাং। অথেংবামিদা স্না কোপ্পুং ময়াদা অতাও অফৈগুম, কনা-গুম্ব অতম্বনা থেংনরবদি নংবু চৈরাক প্রিরমি ঐগা লোঙৈনবা চৎসি খাও।

স্নাজাও। শিরবা হকচাংদা চৈরাক ? হুঁ—কথানো কোজরু চৎলো। ঐ চৎলি হিংলি শিরা ? থবাঈ যাওদ্রবা পোন-গুম্বা হকচাং নথোঈ ময়ামগী শাম্নপোৎ লৈতাম্না শাবা শক্কম ওঙৈরি-হাঁ নুংতাঙৈহে মীওঙৈবা মপোক হুঁ —হুঁা—হুঁ —

[ চৎপদা খোমতোগী ভামলবা ঈশৈ তাবদা লেপতুনা— ]

খোমতোনা কপতুনা শক্কপা ঈশৈ -

অপাম মৈচাক্রে
থাম্বী মৈহৌরে
ইদোম নিংথৌ লাকলিবরা থাম্বী মৈকক্লো!

[ কম্না ]

স্নাজাও। [ কপ্না ] লাঈর থরাঈ ওঈরিবী। খোঙ্গম মুৎলেমে
তুংশিবী। ( চেমশনখ্রে )

খোংনাং। মিরব—তুজুংপোকপা
পুক্লিং নহৌনহনবী।
কনা ?— উন—
মিৎস্না থম্বাল ঈমা লাইজ ঈচেম্মা
স্না কোম্নুংদগী হৌরকপা
পোঈরৈ শিন্না ভমলকপ্রা ?
থিংওমত্রবা মতম ঈচেম্মা
ঈনোৎ ঈখোঙ্গনহনবী
ইমা নংবু—লাইবকং চাওবী
মতম খোংলৈ তুংইম্না
নখো পাংথোকে খোরাংলবোই ?
নমাইনুবীবু য়াইক খোজাল
পিনবীয়ুকো শিদবা মপু !
( বাথমনা চৎখরে )'

( স্নাজাওবু চাওভলনা মমাই, মমিৎ, মচিন, মশা পুম্বদা
ফুজন্না ইস্থোরকই। )

কৈরুংবা। (তা পাঈনা ইমরক্তুনা) ফু— লমহেনবা মমম তৎমবা
ফু মথবাঈতা লক্লি থাকঙ। নিংথি—ফজা হাঈবা লোদবা
কমদোই ? ওাঈখো চাওভল! ঐ বা হঙ্গে।
( ফুবা লেপ্লি ]

হাঙ্গৈ সিপা ! মং থংজরেদনা—কৈথেন মীয়াম ময়ক্তগী শাগল লাক্লা চিংলকপা কমা খিংবা ওমদা স্না কোম্নুং য়োরে। মংমা ফনা চোংজত্রুনা কৈদৌনি ননমদা তৎতুনা তোকচরি। হয়াও হয়াও ঐনা হাঙ্গৈবা ইল্লু।

ম্নাজাও। য়াম্বা অঙম্বা ! লাঙ্গৈবক থিয়বা ইতু শোল্লবা ঐনা নখোং শোক্লা হাঙ্গৈজরি। মমথেকপা ওমলয়োইদবা—ময়ল-মথুম মনাই-মশল ময়াম্না মপাঙ্গল ওঙ্গৈনা থাত্রবা পমম্নুংদা, পাম্বৈ উদনা লৈরিবী লাঙ্গৈবক চাওবীদো মাংলেন মিকুপ মরুমদং পাওমেয়জয়গা তম্না অঙম্বা ! ননিং তম্না লাঙ্গৈয় য়াঙ্গৈবী লৌবিয়ু।

কৈরুংবা। শিবা কিত্রেদা মম্রিংজেল ফয়েদা—নংনা উনবা উনদবগী মা লৈতে ঐনা হাঙ্গৈম্নিবা—"লাঙ্গৈনিংথৌদা কৎচয়ে" মাহৈসিদা হাঙ্গৈয়ু ঐশা ওম্মা ইয়োশিংনা-মংবু শেম্বীগে বেয়া তোম্নু—

ম্নাজাও। বেয়া শয়া লৈতা অঙম্বা নংগী সুপীদো হেক কৎথোকচৌ।

কৈরুংবা। চাওভল ! কায়দে—মাপা মা শাংথনবগী তোংজত্রে—মতিক চাবা চৈয়াক পিগে। হৈবী মথোং তাম্না পুজম্মো !

চাওভল। চৎলো ম্নাজাও।

ম্নাজাও। থবাঙ্গৈ য়াওত্রগা মখোঙ্গৈমা পুনিংবা মফমদা লাঙ্গৈয় হকচাং পুবা য়ানি।

চাওভল। কমদৌবা অঙম্বা ?

কৈরুংবা। মশা লাক্লা মুঙ্গাঈ চেপাঈ থক্তা চিংথুখা পু।

(চাওভন চিংগে তৌবদা স্নাজাওনা খোংপাক্লা কাওথি কৈরুংবা শাওনা তামা থিমথি।)

স্নাজাও। ওঃ —

# Light off

ওজুবা উৎপা

# ইমুং

[ নিংথিবা ফমুংগী ফম্মাং লৈপাক থক্তা গোমতী মশম মনা ইকা কা মকি ময়োল থংদা অঙাওবীগুম হান্থতুনা লৈমখ্রদগী কপ্পা হোৌগৎলকতুনা— ]

ঈশৈ ঃ—

অপাম মৈচাক্লে
থাবী মৈহৌয়ে
ইদোম নিংঙৌ লাক্লিবরা
থাবী মৈকক্লো !!
ইপাম লাংজিং উঙাম থা
শারম হুইরোৎ শাথি থংনপুং
থিবিরকউ মুংশিবা !! (অনাওবু)
ইয়োই লৈমু লৈশা লৈকোলবা
ইয়োই হাতম লৈচং খোন কোংখাবগুম
সেম্নুনা থবীয়ে অনাওডি !!

পাম্মু মপাও তাবিবি
থঞ্জহুনা মমাওবা।
য়েক্ল মথুৎ চনখিবগা
কান্নদবা হকচাং পিথোকতুনা
খোঙ্গা খোঙ্গা হুঁ—হুঁ—হুঁ—
থবাজি হকচাং থাজনবা ওমই।

( কপ্লুমা ) অহুবু—
লাইবকখিবো নুপীজাগী মপোক্লিন্না—
থাবুম অহৎ শুমা … … …
নুংশি মমি তাবরী—
ইশাতগী য়েংবা ওয়জখিস্রে
মামৌবিনুকো নুংশিবা!

[ খোঙ্গা ] হজিক্তি—য়েক্ল জি লৌবা—
লমনথুবা—লমমশিংবা—
মথোবোম থম্মা হু পিথকপ:—
থকচমমো মথৌ পোংম।
লৈহাও লৈরেনগী থামবা হু
আঁ—হাঁ—হুঁ—হুঁ……
কবা লৈ?

কৈরংবা। [ চংলক্লুমা ] ইবেম্মা! কমি হাইবিমিংবা!

গোমতী। চংনু—লাইমিংথৌদা হয়ংনু—ঐ লাইজ ইথৌ লাংগে ম্না থুংময়া ঈশিং পুথিয়কদবমি হয়ংনু।

কৈরংবা। ইবেম্মা। [ চংথ্রে ]

ইনগনি। মংঙোন্দ অয়েৎপা নৈতা—য়ৰিং তম্না থাদোক্লবনি।
সে ঈশিং খজিন্দ্র থকও।

গোমতী। [হয়াওনা কেদুনা] স্না য়াথং তাকপিরিবা শেংবি-
য়েদনা লাঈনিংঙৌ।

নিংথৌ। ইবুঙো পাখংবা পন্দুনা লাঈরিবসিনি।

গোমতী। নৈকাক্ষী মমেক্না ওঈবা তাররক্ক?

নিংথৌ। [ঙক্না] গোমতী!

গোমতী। মশক কাইদি লাঈনিংথৌ। ঙোইবু মশাদো কন্নৈ মৈতৈ নৈনা মহারানীনা তাক্লকনি য়ুম স্না য়াথন তৌবিহৌ?

নিংথৌ। এগী মাশক্কি লেংঙবনি। অদুবু নহু এমী ওঈনিংবগী মাশকখিবদি নত্তে। নহু এনা মুংশিবদি কেংনমা নৈরি—অপাম্বা শরুক্কি মাংখ্রে।

গোমতী। [শোংনা] হুঁ—লাঈনিংথৌনা তাকপিবা মাশকী পাওথুম—মহারানীনা স্না য়াথং তাকপির—
"নংনা পাম্মু"
এনা পামজবা—মহারাণী।
অনিশুবা স্না য়াথং—
"নংন হাঈবতা ইনগনি"
এনা হাঙ্গনরি—মহাননা পোকপা মবাইগী ইচানা নিপা,
ওঈরবা মৈতৈ স্না তাংখৈদা কংহনবিরু।
অদুমশুবদ—

"অয়েংপা নৈয়ষোই"—

হঙ্গংচয়িবসিদয় য়েংপিয়োই। মতুংপয় ঐনা তোজবা পুবদা য়েংপিয়।

মরিশুবা স্না স্নাথং—

"অনিং তগ্না থাদোক্রবগ্নি"

পোইয়ৈ নৈতৈ নৈবাক্তা ইখিং ইখা ভুগ্না পানজবা স্না থুগ্না থাদা নিজগ্নি ইনিংখো।—

[ নিংখো মথুগুগী পাত্র তানা ফিংবা কাইনা তপ্না তপ্না লেংখ্রে। ]

পোমতী। [ থামা য়েংতুবা ]

হঁা—হঁ—হঁ....................

ফিংবা কাইবা—মীমা লাকচখিবা—

হাইকম নৈতবা—কমদোই?

হুঁ—মচিম নৈভা মুরি—

নোংমদোম অভিয়া খেৎনা লমম থুবগী চাক্রবা নৈরি

হোইমখিখি— লমম থুবা হোয়ে—

অং বাবা হোয়ো—

ঐ নোকপা হোমগে

হঁা—হঁা—হঁা—

হঁা—হঁ—হঁা—

হঁা—হঁ—হঁা—

[ চেমখ্রে ]

***Light off***

৭শুবা উংপা

## "মাঙ্গোল"

[ গোমতী কণ্ডুনা তপ্না তপ্না চংলক্লগা থাপচিক্লা তাবগা ]

ইদোম মিংথৌ লাইরবা !
অদা মিকপ্নদা তুমথুরম্বিত্রা ?—
লাইবকথিবীনা মানজা য়াথং
য়াওদা ইমুং লেন্না হন্দরকপা
পাওমেঙ্গগে মমাওমা ?
য়াকাইজবা তাখিরো—চাবগী
পোয়োম শণ্ডুনা খোংদাকম নৈজত্রবীবু
চংজকম পিখিয়ো য়ুংশিবা !
পাম্মু পুক্লৌ পাওয়োবা চেংলৌ
শক্তম উত্তা, য়াবা খোঙ্হোক্লদববু
তোমবী নুপীজাদা পুৎমদা ইবাদি
হাম্মিগে খৌয়াংত্রা ?
মপুয়োম্বগী মক্লম থুপ্না পুন্সি
মতোল লোমজখিংবী নুপীজাবু
কাঙ্গথা মশা শাং, ওইদা মালেম পুংফা
তাইবং খোংচৎ তায়রসিখনে পাম্মুব ।

[ কৈকুংবা চংলক্কুনা মথুৎ লোন্না ]

কৈকুং। ইবেম্মা শিগদবা তাইবংসিদো—অকোন অহাত্তণি।
হাবিক্রমগু—

গোমতী। মং লাক্লে? ঐবু কাখিন্নিক্লিরা? মতিক লৈরবদি অদুক কায়ো লাও?

কৈরুংবা। ইবেম্মা! মদু কাওবিয়ো। মখাই থৌগল লাকচবনি।

গোমতী। থৌগল? ইবেম্মা? নংনা অখি হাইহনদুনা ঐবু কৈথেন্দগী ইশা লাক্লা চিংদুনা খুঙ্গোঈমখিবী লাইরবা লাইথুং খুংবগী মুপী অদো মমাংদা হুজিকমু লেপ্লী। ঐবু কনা ওইনা উরে?

কৈরুং। মনাইনা ইবেম্মগী ভুংগী পুক্সিদা য়াঈকা থুম্না তুম্লিনবা শিঙ্গরক মরুম থুপ্না থৌগল ফংজদুনা পাঙ্গনিংবমা ইরৌ-শিংতনা শিঙ্গবা মহৈ য়ানে চিঙ্গুংক্লা লেপ্না কুবিয়ে। ইবেম্মগী অপ্পনবা ওইগদবা মিংচৎ শিগদব পুথা নমাইনা পেংবাকচে। মু থোংগেংলস।

গোমতী। [ খিংবা চিংনবা ] কনি?

কৈরুং। ইবেম্মগী হৌখিবা পুক্সিদা য়াঈবা কিশিনমখ ইথুংমক্লা থোকচরে ইবেম্ম! মু কোম্বু পাংলনি?

গোমতী। কনি চাঈবা শিংচাবা! মীহিংচাবা শাদগী লেমা তোম্লব! ঐগী হৃদয়গী থুপা চংখ্রে।—[কৈরুংবা চংখ্রে ]
ইবুংঙ্গো। থোংলোম মাইত্তে কাংখিরো। য়েক্ক থুং চট্লিরিউ মমাওগী য়াঙ্গৈবী কনখিরো।

[ হাংলম্বা থোং মমড়না ইমুং চংখ্রে কনা লৈত্রবা হাংলবা ইমুংদা চপ লেপ্পা য়েংখি। ]

ঊশৈ ঃ—

হা পাম্বুই ইবুংঙো ! নুংশি লাক্তম কাদ
লমথাংদ কেন্নবরা ?
পাম্বু নুংশি মায়োক্না অরা পরৈ হন্দনা
নুংশি তেমথেংলবরা ?
চৈয়োম কম্নগ কোন ইরু ইশেংত্রিবৈঙেদা
তম খোদাং কাওরবরা ?
পামু পাওতাক লমজিংনা মুজা ইথৌ পাংজবা
চিঙু লাইও কুবিও !!

[ কৈরুংবা, চাওতন চংলক্কু‌না খুরুম্মগা মখুৎ লোয়বা ]

কৈরুং। ইবেন্মা ! মনাই ঐখোইগী থবাইতদি কনবিয়ু পোইরৈ লমদমসিদা মনাই ঐখোই অনিবু কনবিনবা কনা নৈত্রে লাই নিংথৌগী অশাওবা মৈনুংদগী ইবেন্মগী খোজাদ লাইজ খিকপিহুনা চাকথেক্কু‌না মাংলগদবা ঐখোইবু স্না খুয়া থাদা থম্বিয়ো।

গোমতী। [ থাবা য়েংলম্বদগী ] হুঁ—হুঁ—কয়েমমৌ—পেময়ো—ঙ্কাগী জুগাইমহুনা মখোইগী মতম লেমবা—শায়পোংকী শকতম লোহুনা ঐনা মমাংদা লেপ্লি। কদি মথিং থুংত্রি ?

কৈরুং। ইবেন্মা লংজথিবা পুথা ওাকপি হৈবী ! চংজয়বা মনাই ঐখোইগী থবাইতদি মামথোকপা ওয়মোইদবা লাইনিংথৌগী থাংলেন ময়াদগী কনবিয়ু। মনাই ঐখোইগী হিংনবা পাম্বে নৈজত্রে।

গোমতী। হঁ—কত্তবা পুকচেল চুমদবা, ঐ মঙাঙ্গীবে হাঙ্গীনা মাপল তৌব', মীনবা বা হাঙ্গীবদি হুই অঙাওবমা মপু-চিকপগুম্না শোকচং ঙাওজংনবগী হৌনবা, মথম মথস্তা থাকপা য়েক্না লাংদ মথম মথম থুজবগুম নথবাঙ্গীতা যাংহুনা তোকলমিদো? মিংথৌ ওবা অঙবশিং! মখোঙ্গী মরৌশিংদগী মীনাইনুবী ঐনা ওক্তবী মিংথোমহুনা মৈতৈ নুপী পুম্নগী মমাই কিক্লহন্না মণিপুর স্না ময়োম্দা লেপ্পা, উবা কংদনা শিবা তারে?

চাওভল। ইবেম্মা! নমাই কৈয়োঙ্গী লৈকাঙ্গী মচাশি মরুম থুপ্না থম্মি।

গোমতী। মচম মচাবু লুকমাই থক্তা হাপ্না য়োমবগী মমলদি? —থাং! হঁ—হঁ।—শিথিবনা মতিক চাঙ্গী, মখোঙ্গীগুম্বা হিংলবদি মৈতৈ চনু কয়া কয়াগী মমিত্তা নুংঙাঙ্গী য় ঙ্গীকগী উফুম চাঙ্গীশমবিহুনা অশেংবা নুংশি মশক উঙমদনা ওক্ল পোৎলুম পুহুনা বানা মপুন্সি লেম্নহৌরম্মি। চৎলো লাঙ্গী-মিংথৌনা পেম্ননব', চান্নবা অনৌ অনৌবা লৈমাংজরুখোদম্না?

[ মিংথৌ চংলকপদা কৈরুংব', চাওভল গোমতীগী মখোং কোম্না— ]

অমিমা। ইবেম্মা নমাই ঐখোঙ্গীবু হন্না অমুক্তা পোকপিয়ু।

মিংথৌ। থৌরবা থাংলেম মন্নাদা মখোঙ্গী অমিগী অনৌবা মপোক। যাগনু—ইথুংমক্লা হান্না পোকপিমি। মখোঙ্গী অমিমা লোম্না হুয়ান্দুনা মিংথৌ ঐগী মিংচত্তা অখিন্না অমকপা লৈহমবা লৈবাক থংনা ইথুংমক্লা কোংনা শেংদোক্কে।

লাও য়াং থান্না চৎলু—ইয়াই কন্না য়াওদা ইশল কন্না চংহুন্দনু, ইশ্লাম্মঙ্ঘ ইশাগী ইবাল শেংদুনবে।

[ সুমি য়াম্না কিন্না মুমিং তরু প্লাংবা পোলি পোলি চৎপগী— ]

গোমতী। ঙাক্লেবো। [ সুমি মখুং লোয়া ]

কৈরুংবা। মন্নাই ঐখোইবু ওইরক্কা?

গোমতী। ঐগী মাথং মতুনা মখোয়ু সুমি চৎখিবা য়াদে।

সুমি। ইবেম্মা!

নিংথৌ। গোমতী!

গোমতী। লাইনিংথৌ!

নিংথৌ। করি হাঙ্গবা? নংগী মাথং মতুংনা? হাঁ—হাঁ—হাঁ— সুমী। অদু ফাওবা?

গোমতী। লাইনিংথৌ! সি ফাওবদা মত্তে। য়াম্না থাৎলি ইন্নিংথৌ।

নিংথৌ। ঐগী চিন্থক্কা? নংগুমী মীনাই মুবীনা নিংথৌগী থবক্তা নথুংসু থিংজনবা শাবি?

গোমতী। হুঁ—হাঁ—হুঁ—লাইনিংথৌ! মীনাই মুবীনা ওমুকদবদগী চিন্না হঙ্গৎচরিবনি। মীচম ওইরম্মদি মীগী মপোৎ পামদ্রবা লৌবগ তোজুনা মহুৎতা থিলবদি চৈজ্ঞা মঙ্গোনদা মশাদা য়োৎথং থাংবা হোইবে। চুম হুরানবতা নত্তনা মপু ফাওবা হাৎপা—করি চৈয়াক? লাইনিংথৌ!

নিংথৌ। মতিক চাবা চৈয়াক মথবাই লৌদৌবিরবি মখোই অজিবু কনবিরবা পোইবে লমদমদা লৈতে।

গোমতী। হাঁ—মীৎমচুনা তাইবং মীগী পাও তানবা নাকোংদা অপৈবা বা হাঙৈরবদি কিচে খাঙ্‌দুনা মচিন চুমহল্লি? অদুবু লাঙৈনিংথৌ! য়াত্রেদো?

নিংথৌ। মথোঙৈ মশানা য়াম্মি—লৈবাক কুমাকনা ঐবু ইকাঙৈবা পিবা ফুবতনা ময়ালগী মতিক চাত্রে।

গোমতী। হাঁ—লাঙৈনিংথৌ! মিৎ য়াম্বা খোইথোকপা মীদি ইকাঙৈবা নংবা মশিংম্নি। মসা য়াবং তাকপিরিবা ঐগুবী মীনাই নুবীনা ককপৎচবা ইতিক্র লাঙৈনিংথৌ! ননাইশিংগী চেঙোন খাজবিবা, পুকথিল চানবিব, তুংদা মীনা লোয়না কম্নি হাঙৈনগদগে হাঙৈবা থনবিহৌদবা, থোইনমক হয়াও-বিবা, থোইনমক নুংশিবিব—

নিংথৌ। ওক্রে তুমিন লৈরো ঐনা নঙোন্দা থমদং লানবিবগী-দমক নংগী কিজি পাঙৈদুনা কোইদ ইম্নি থত্রা?

গোমতী। লাঙৈনিংথৌ! লৈবাকী মপুনি সা পুক্নিংদা নিংবিবা মতুং ইন্না হাঙৈবিনিংবদা তাকপিয় ওথীম্নিদো? অদুবু ওথকদবা মতম্নদি লাকচদুনা তোকখিদো ইনিংথৌ!

নিংথৌ। মংগা থোঙৈনা চাংনমিংঙাঙৈ ওঙৈদে?

গোমতী। লাঙৈনিংথৌ মনাই নুবীগা চাংনমিংঙাঙৈবি লৈবাকী মবেম্মা অমা ওঙৈনা ঐনা হাঙৈজরি—শম্মি শোন্দুনা মীবু খাজহন্নবা হোৎনরা ওপ্মোঙৈদবা থবক্তা হোয়া কব, পুকচেল কজদদুনা মীগী ময়ালতা থিবা, মথা পোনবনু মৈহৎপা,

মাং হেক্না ভুং উদা, বাখল থেম্বনগী খাঙ্জি পুম্নমক
মশক শক্না তাক্লগী লাংদা মীংশক্না থুনবি। লাংশিং
অসিনা নৈবাকী মশা ওইখ্রুদ্রু থুমনা তারবদি মনাইনা
নিংথৌরেলনা নৈনবা ওঝাদে—লাইনিংথৌ!—
[ নিংথৌ বা ওঝাদা মকম থাদনা চৎখ্রে ]
কদৌরি অঞ্চা! লাইনিংথৌগী থৌগল! [অনি তগী চেনবি ]
হঁা—হঁা—হঁা.............................
,[ কণ্ঠা ] ইবুঙ্গো। খোংমদোম অভিওদগী নৈচিন
খোংলোম হাংদুনা হেংথবিরকই—
( চাক্ৰা )—খবাবা মত্তে নিংবা থুংবনি, নিংবা থুংবতা
মত্তে পেন্নবনি, পেন্নবতা মত্তে বাশক ওাকপা, বাশক
ওাকপদসু মত্তে লম্মশিংবা! লমমথুবা!
খরাই কণ্ঠা চায় হনবা, মপুং কাবা মহৈ য়াগহন্নগা,
মুন্দুনা কেপহনখিবি—
[ খোক্না ] পোমতীনা খোক্না খোক্না মহৈ চাবা!
অঁা—হঁা—হঁা—হঁা—
হঁা—হঁা—হঁা—
হঁা—হঁা—হঁা—
[ থাম্বখ্রে ]

—SCREEN—

অনিশুবা মতাং

## ১বা উৎপা

# "লোক্তাক"

"হিয়াং হিরেন ইশম চাইবা" — তোংদুনা নিংথৌ, শান্তদাস, লোরেম থোংবাংবাবা, হিরোইশিং, নিংথৌশেনবমচিংবা অঙ্গশিংনা

পে, থাং, তা থোগনবা—

নিংথৌ। কুবানবা য়োবে গুরুদেব! কদৌরে হি লেপলবদে? লৈরাঞ্জ তন্না হি হোঞ্জল্লু। নিংথিনা হোল্লু হি নিকহনগনু। (হিকোক্না ঈশিংদা লুকথমগা চযাং চাদুনা হি নিক্রবদা)

হিরোই। লাঞ্জনিংথৌ! স্না নিংতেং তাবিয়ু হিয়াং হিরেননা চযাং চারে, হি চৎলু য়াদরে কয়ি মতৌনো ইনিংথৌ? (থোংনাং বাবা মতুনা ময়াম হিবাম পাঞ্জদুনা থংই)

নিংথৌ। গুরুদেব! কঁয়ি মতৌনো হিন্থ নিকপনা ঈশিংদা লুপতুনা ঐখোই পুম্বা শিবা তারে! লাঞ্জওইবগী খোদো সিবু মীওইবা ঐখোইগী মিৎনা উবা কংলবা? ঐগী মতম লোইদুনা ইথোংনা থোংনা মং থিযরে। গুরুদেবনা থাগীও

শান্ত। মহারাজ! স্না পুক্লিং তপথবিয়ু। স্নঃ থুংস্থ থাং পিবিয়ু। (নিংথৌনা থাং পিদুনা শান্তদাসনা থাং পায়রগা থাংদা পোন্দুনা) জয় শ্রীরাম! হিংচাবা হিংচাবী পুয়মকপু যাং-হনবিবা ইবুংঙো! ওঁ ক্লিং ক্লিং রাম রাম শ্রী৺রাম রাম যি যিং

হ্রীঁ স্বাহা। (থাংবা হিকোক্তী লুখমদা য়াল্লি, ঈনা কামত্নবা থোক্লগা হিমুংদা চংলে।)

নিংথৌ—মাংলে মাংলে গুরুদেব! হেয়া হি মিল্লে। থোক্লিগা! ঈ অসিনা হিমুং থন্দুনা হি লুপ্পা শোয়রে। ইপু! মী-ওইবনা উকম থোকত্রবা থৌদোকসিবু নিংথৌ ইহাকথক্তা করিগী থুদম্লো ইপু?

থোংনাং। ময়াং গুরুদা স্ন' য়াথং তাকপিমি মনাই করিম্নু নৈতবা নৈতে মচানা হস্নংচবা ইতিক ওইদে।

নিংথৌ। (কপতুন) ইপু কিবনা নৈকম থংদ্রে। বা:য়ৌ পু'ক্লৌনরম্নু থৌদৌসি কোকহন্দুনা নিংথৌ ঐগী থবাই অমুক্তমি কনবিয়ু। ইপা ইমা শক্লনা ইপুনি। ইপুনা থাম্মীত্রবদি শিবা শোইদ্রে।

থোংনাং। হিঃ মৈমিড় লিক্লাই ইবুঙো! স্না য়াথং অদু য়ৌ বিত্রবম্নু—লাইনিংথৌগী মাং পানা থুদোংথিবা পুম্বা মায়োক্ন-জগে চাইজারবা মনাইনি। "অদু ভৌ" স্ন য়াথং তাক-পিরগা লোইরে— বাবিগম্নু ইনিংথৌ! হে ময়াং গুরু অথোইবা! থামও হাঙ্গিরগা ঈতুম থোকহন্দুনা হেয়া অবাবা ওঈহল্লে। থাম্বা ঙম্ন:রাঈদ্রা? ঙমত্রা য়েংথিগেয়া?

শাস্ত্র। পণ্ডিত অথোঈবা! ঐগী শক্তি নৈতে। পণ্ডিতম্না থাম্মীও। ঐথোয় ময়াম্নু কনাবও!

থোংনাং। উম—নয়াইবক্তি কৈদা— শিদুনা তোকদবা হৌজকনা ময়াম্মে কৈ—"নিংথৌ লাইবক য়ুমদিয়বা" ইনিং-থৌনা পেনগীতুনা মী ওঈমিদো—হা—হঁা "বিথুংঙমদাইদা

হিরাকপা" হাঙ্গবা ইপা ইপুগী বাহৈদো হেক ওঙ্গদা— লাঙ্গ কাওবা ময়াংদদি তাইনবা ওমত্রগা মৈতে ঐখোঙ্গদা হঙ্গন হঙ্গন চারগেরা ? শিংজং চাত্রিহৈদা হেক লেপপু। উকং! খাঙ্গদোকভুনা খাম্বী শিংজারেন ওঙ্গদৌব'—হে হে—হন্দেনা—উম— ( মখুবাক্তা শোন্দুনা ) হে পাখংবা ইবুংঙো ! ওসি নশুনা হি তোংভুনা উত্তোংচাক চাবা চৎচবদা মখি কোংবিভুনা তাইবং মীনা উবা ওয়োইদবা খুদম পিখিভুনা হিদা চংভুনা চয়াং চারিবা ? হি ! নংদি পিশুম ভুরেল মপান চিংমৈদগী য়ানবা লোয়াম্বা নৈ কৌবা উনা শাভুনা নমিং খিয়াং হিরেল ইশম চাঙ্গবা কৌনবনি লাই শাবম্ব হল্লো— [ হিকোক্তা মখুবাক্তা মম্বদা হি নিকপা তোকভুনা, ঈশিং মম্বুংদা মকোক লুকখভুনা চয়াং চায়ম্বা মকোক অভু হাইগৎলকভুনা হায়গুয়া লৈরে। ময়াম হিবান পাঙ্গরম্বা খাদোকভুনা— ]

ময়াম। শিরমগনিদা চিংভুনা কুখিরে।

নিংথৌ। ইপু! হি নিকপদি ফজনবীরে। খোকইব' ঈ অসিদি খকপা লৈতা হিমুংসি খন্দোরে, ঈ অসিনা মথকত্রবদি হি অসি শোয়দনা লুপলগনি ইপু!

থো'ন:। হে নিংথেম! পুক্লিং চেৎনা নবুখৌ পাখংবদা চংজো। মখোই পুরমকম্ব শিনিংত্রবদি মখুৎ থুৎকাং তয়া লোয়া মপুক্লিং শেংনা মপুদা চংজো।

[ময়াম্ন পুম্নমক মখুৎ লোম্বতুম্না মরু লুকা লৈ]

হুঁ ভাঙীবং শলাই শ্নমবা মপুরেন ইবুংঙো!
মৈদা চংলগা মম্মিংদি—হোরং হো কৌয়ে,
ঊশিংদা চংলগা মম্মিংদি—হো যুং কৌয়ে,
মুংশিত্তা চংলগা মম্মিংদি—হো সো কৌয়ে,
ইপাদা চংলগা মম্মিংদি—মী মী হো কৌয়ে,
ইমাদা চংলগা মম্মিংদি—হো হা ইমা ভাংসং কৌয়ে,
ভাঙীবংপান্দা ফাওরগা—পোইরৈতোন কৌয়ে,
শিদম্না মপুম্না মপা মশক খংলে
"পাখংব" কোলোয়্নবা মিংলেন মম্নাম্না লৈতেংবা!
মমু ভাঙীবংনা লংজবা পুম্নমকপু খোজানবীমু
মহনকমদা হল্লো মতেকমদা ভেরো!!

(মমিৎ ঊইশম্না মোম্নমা খুরম্মী)

মিংথৌ। ইপু! ঐ পুম্নমক মাংখ্রে। ইবুঙো পাখংবম্না খোজান-
বিরে। হোগৎপিরো ইপু।

খোংন্যাং। হে মিংথেম! শিদবা মপুমদি কুবিরে—অতুবু-উম
হিরোইশা। ফুবালবাদা ইমিংথৌ লেংশিন্নবা হি হোঙ্গল্লো।
(হি লৈবাইদা হোঙ্গন্দুনা মম্নাম্না খোগলগা মিংথৌমচিংবা
পুম্নমক কাখৎতুনা লৈরিবৈ—)

হঙ্গবা। (খোম্নম্না খুরমতুনা) মনাইবু লোইবীরিবা ইমিংথৌ
মিংথৌরেম অখোইবা! মনাই ঐখোই ফুবালবা খুজানা

সনা মাথং কংজবগা খোয়রাং পুবা লোইজদুনা সনা খোংগদ চাইজক্লি মকম কদোম্বদা লেংশনগনি সনা মাথং য়োংদবীয়ো।

মিংথৌ। হঞ্জবা! ঐ নথুম চংকম্রেইই কোক্কাক মপ্লাল অসিমক্তদা গুরুনচিংবা ঐখোই উত্তোংচাক চারগা তম্না হন্নগে। নংগী খোবাং লোইদ্রে।

হঞ্জবা। নৈদা তাকমনবা: সনা য়াথং লৃদা খোংনা পুজরি।

[ খুরম্মগা চথরে নিংথোশেনবাশিংনা কিদা থাদুনা নিংথৌনা কমথেন্দা কম্মি, শান্তনায়বনা নোংপোককোয়দা কম্মি, খোং-ঙাংনা অবাংদা কমদুনা মঙম্বশিংনা খোংগদ তৌরগা হঞ্জবনা উত্তোংচাক চানবা খোয়াং তৌরিবে— ]

খোংনাং। ইমা— ( থংনা লাওনা কমকমদগী কন চোংথংদুনা কোইনা নৈরগা নৈপাক্কা মকোক্কা মংনা নৈদুনা— )
মাংলে—মাংলে—মাংলে—

শান্ত। ( মথুবাক খুদুনা ) হাঁ—হুঁ—হুঁ—
( মমাম্না মখোম্দি খোক্কা মচিন খুমদুনা লোক্কা য়েংই )

পণ্ডিত। করি তৌরে? করিগী থংদুনা লাওরে, করি-গীনো? মহারাজ নৈরে ঐ নৈরে মমাম নৈরে করিগী কিরে?

খোংনাং। ( স্বর হন্দুনা হায়গুম ফমদুনা ) হুঁ শিদবা মপুরেম ইস্—

মিংথৌ—ইপু। করি তৌরবগে?

খোংনাং ! হে ইবিংখোও ! লৈবাক অবাবা চংলে। কৈথেল কাঈরে, মাগী মাগী মপোৎ লোনবা ওমদরে মহৈ মহৈ চেন্নরে কংলাদগী মৈ হোৎনা—

থিংখো। কংলা মৈ চাক্লে—

খোংনাং। নোংচুপনে, নোংপোকনে, অবাংনে মা য়োই কোনুংগী ইনা কুপ্পা য়ুম মখে ভুন্না চাক্লে। ঐমু মৈ কনবা য়াওরুঈরে, মৈনা ঐবুমু থন্না থাইখরে অভুনা ঐনা খংবনে।

শান্ত। করি হাঈবা পণ্ডিত ? হাঁ—হুঁ ঐগুবা লৈরিঠেৎদা হাঈনা য়ারে ওাংবা য়ারে হাঈভুনা মহারাজ কিনবা, থাবন করি হাঈরে ? হৌজিক মহারাজ কিনা থাভুনা লৈরিঠে পণ্ডিতনা অমুক লাইগুম শাভুনা হেন্না থানবা করিগী হাঈজিল্লি ?

খোংনাং। হা— ? য়য়াং গুরু পণ্ডিত শাবা করি হাঈবা ? নংনা মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবিবদি মুংওাই য়াইক মপান লাংগে অহাওবা মতোং চারমদাঈদা মথুৎ অমি থাগে, মরুনা মৈতৈ লৈমাইথক্তা থাদগে, য়ারবা কান্দা উচি মথুদ চেৎ চেৎ, মৈতৈ ঐখোঈবুনা ফত্তবা পুম্বা মনমদা পোরো সিখিদো।

থিংখো। গুরুগা ইপুগা অনিমক্তা হাঈনরিবা থাকন অসি— অসিনা চুনই অসিনা চুনদে হাঈবা হৌজিক ঐনা খংবা ওমদ্রে। কমাম্না চুম্বা কমান্না লানবা খংনগদোবা মরৈরে লান্নবনিনা উতোং চাক অসি চায়গা ভন্না হল্লসি। লোঈ-নবরা হঙ্গবা ?

হজ্রবা—থোয়াং পুখা লোইজহের লেংশনখিয়ো ইমিংথো।

[ হজ্রবনা খুরমজুনা নিংথৌনচিংবা পুম্নমক মাগী মাগী মকমদা কমজুনা উতোংচাক চাখি ]

## *Light off*

## ২শুবা উৎপা

## "শোরোক"

মিংথৌবা মাং থা মিংথৌ সেনবাশিংবা থোগন্দুনা চংলকই ভুংদা শান্তদাস অঙমসিংমা ইল্লি, মতুংদা থোংনাংথাবা লুঁ লুক্লা তঁপ্না চংলকই।

নিংথৌ। গুরুদেব!

শান্ত। মহারাজ।

নিংথৌ। মেংবাঙু দেবীগী চিং মাংদা লৈরে লেবী খুরমজবদা করি করি পোৎলম চংগদপে থোয়াংজনবা তাকপিরো?

শান্ত। মহারাজ—

[ হিয়াং হিরেন থাক্লা লাওনা থোংজুমা লোক্চাক পাংবা পাঙৈথিবগী মথোলনা থোংনাংথাবা মঙনা ময়াম থংনাকিজুন —

ময়াম। ইস—করিনো, করিগী মথোলনো?

হিয়োই। ( কিনা চেনশল্লকুনা নিংথৌ খুদম্নগা ) মৈতিংবু নিংথৌয়েন অথোইবা ইমিংথো! হিথাংকয়দগী হিয়াং

হিরেল ইশম চাইবা থাক্লা লাওখা খোংহুম্মা খা পাংখা পাঙ্গথক্লে L

শান্ত। য়াম য়াম—

নিংথৌ। ইপু! করিনো খোকইবা খোদোকশিং অসিবু? নিংথৌ ঐ চৎলি হাঙ্গবহ্ন মঙাঙ্গিয়ে ঐ নৈকম থ'ক্রে ইপু!

খোংনাং। হে নিংথেম! পাবুং স্না হাক্কক্কগী থোপল কংজ-রকপা সিঙুথা থৌদোক থোকহল্লোই হোৎনজথবু য়াথিক্রে মতমগী খোংনৈনা ওমক্লে। মিংথৌয়েন! হিয়াং হিরেল লোক্ক্রোক পাংখা পাইথখিজুনা পাক্লবা লাইজ ইপুংবুংদা লুপথুগনি। চুম্নগী হি ওঙ্গয়রোই লাইওঙ্গথুগনি। মনাই মপুনা ওসি লাই ওঙ্গথুবা হিয়াং হিরেল ইশম চাইবা কৌবা হি অসিগী মমিং—"তাওদিং লাইরেল পাথংবা" হাঙ্গনা মিংথৈথগে। নৈবাকী অরুবা থোকদবা থৌদোক থুদিংদা মৈত্রবাকী মৈতৈ চাশিংবা লৌশিং ওঙ্জনবা মীয়োম থুদিংগী লাইনা মথি কোংহুখা তাকপিবা ওঙ্গসম্ম। অজুগা ইমিংথৌ! ওসি হিয়াং হিরেল থাংলথা মকমসিস্ক— "হিয়াংথাং" হাঙ্গনা থংনহৌরসম্ম। পম্হবীদা স্না য়োই-কোয়্ংদা লেংথৎপিরো।

[মগোল লাকপগী মথোল তাহুথা ময়াম্না মৈংনিতৈ— ]

পাওচৎপা। (থুগা চংলক্কুথা থুয়য়া) মৈতিংঙু নিংথৌয়েন য়াইকবা! মনাইথা পাওদমজবা তাবিয়্—মনাই ঐ ফুবানবা

য়ৌজক্লবনা সগোল পাও লাকচবা মতম থম্না পন্থখরে মনাইবু ঙাকপিন্নু ইবিংথৌ। কংলাদা মৈ হোৎচুবা নুমগী মথৈ ভুম্না চাকলে। কৈথেল কাঙ্গিরে চুম্না কাঙ্গিবা নত্তে (শান্তদাসনা খোংনাং থাবনু নুম্না য়েংজুবা "রামরাম" শোনথি)

ইবিংথৌ। মামা মামা পুবা পোৎ অদু লৌশিনবা কাত্তবা ঙমহৌদনা লৈরে। য়োইবু য়োইহেন পুম্নমক মৈগী মনিবনা স্না য়োইকোম্নুং চংবা ঙমদনা লোঙ্গিথা কাঙ্গিনরে—

বিংথৌ। (য়াম্না বাবা) থংলে ভোক্রো—ইপু! ঐগী মতম লৌইম্নমাম্লে—অমাবা সুংঙাঙ্গিতা পুম্নমক কোকপ্রা য়েংগে হাঙ্গিনা হোৎনবা থোঙ্গিবা হেন্না থুদোংথিবা ফংলেদে। লাই-শুবা ইপুনা ভাকপিবা পুবশু য়েক্লবা কন্নকপনি থন্দুনা ইং—লৌবিংদবাশাই। হোৌজক্কি থুদোংথীবা পুম্নমক হোৌন হোৌনজুবা লাক্লেদে—

খোংনাং। কম্নিগী স্না পুক্নিং অতুক য়াম্না হন্থুম্নি লিংথেম! মতম লৈম্নি—শিদবা মিংলেম কাওদা মপুগী স্না থুম্নারেন্দ চংজৌ শিদবা মপুনা কুবিথিম্নে।

শান্ত। লেংলসি মহারাজ! থিম্নুবা চুপত্রে। লেবৌ পুজা কোম্না ভৌরসি মহারাজ!

পাওচৎপা। লাঙ্গোঙ্গ সগোলদা লেংখৎপিরো লাইনিংথৌ!
মনাই ঐথোই থৌগল কংজরগে।

নিংথৌ। ইপু থোংলৈ খন্না থুনা চৎলসি।
( নিংথৌনা মাং থা মগ্গাম্না থৌগললনা চৎলি )

**Light off**

## তঞ্জুবা উৎপা
## "কৈথেল"

নিংথৌগী কমকম মিংথিনা থাদ্রি মিংথৌসেন্দবাশিংনা থাং তা পেনা চিংবা কাংথোই চামর প্যাইঙ্গুনা থৌগলগী লৈরি।

নিংথৌ, শান্তদাস, শ্যামশাহিনা চিংবা অঙ্খোশিনা লেপ্লুনা য়েংই।

মীয়াম মনুংদা। ঐশিংদো শোমদা হান্না পুরকও। অদোমগীদু কোন্না হৈসি সোমদা হান্না পুরকখো।

লৈবাক মচাশা! য়েংতুনা লৈমরসু অঙাংনুবী থাক্তা নংনা নংনা ওন্বা ঐশিং হোন্দুনা হৈরো।

শ্যাম। গুরুদেব! মৈ অসি মুৎপা ওমগনি হাঙ্গবা উত্রে। অঙকপা মৈচাক্লি—স্না সঙ্গাঙ্গিনা চিংবা মুম মথৈ তুম্না চাকপদা, লৈবাক চংদুনা ঐশিংহৈদুনা কমৰবু মুৎকম থোক্পনি,

থোকপনি মুত্তা অহোঔনা পৃথী কাওবা মৈরি থোক্লা চাকপা।
হৌজিকসু—গুরুদেবনা তাকপিবা মতুং ইন্না পন কোঔনা খিঙসত্তুনা অখিংবগী মনুংদা লৈবাক মীয়াম চংহুনা ইশিং হোন্দুনা হৈববু, ঔশিংন মৈদা চেমশিল্লগা ঘো হৈদুনা চাকপগুমনা হেন্না হেন্না চাক্লিবা মৈগাক অসিবু চুন্না ঔশিং হৈবনা কাম্নরয়োঔ লৈবাক্তা ব তুনা তোন্নবনে। হে গুরু অপোইবা! মৈ অসি মুৎনবা করম্বা দেবা দেবী পুজা তৌরগা মৈ মুৎপা ঙমগদগে য়েংবীয়ো।

শান্ত। য়াগনু মজা ইবুংঙে! ঐনা মুৎকনি—লৈবাক প্রজা নথোঔ বারগনে ঔশিং হৈবা তোক্লে। ঔশিং কশেংবা খন্না পুরকও। ( মিংথৌ সেনবন ইশিং শোকপা চৎখি )
( শান্তদাসনা খাওদগী জল সঙ্খ লৌথোক্তুনা লৈ। )

শ্যাম। তারিবর লৈবাক মীয়াম পুম্নমক! ঔশিং হৈবা তোক্লে।
[ ঔশিং পুরক্তুনা শান্তদাসন জল সঙ্খনা ঔশিং হাপলগা য়াম তুলসি মনা অহুম থাদতুনা মৈ চাকফমংদা চংখে। ]

মিংথৌ। য়াহল!

শ্যাম। য়া য়াথং তাকপিসি পাবুং!

মিংথৌ। মৈ অসিনা মুৎপা মঙমত্রবদি হেনগৎলকতুন লৈবাক্কী য়ুম কৈ তুম্না চাকপা ত'য়ে। ইপু উদে ইপু থোংবাং-থাবা কৌরুশব মী থারো।

শ্যাম। য় য়াথং তাকপিবা সোঔদনবা শিঙ্গগে অহুবু গুরুনা ঙমত্রা হাঔনা য়া মিৎয়েং অমুক্তদি তাবিথো—

নিংথৌ। গুরুনা ঙমগনি হাঈবা ইপানা থাজদ্রে স্নাহন।
য়েংউ মৈখি অসি হেনগৎলক্রে। হায়দগী হেন্না মৈখোল
খোক্না চাক্লক্রে।

মীয়াম। ( মপুংদা ) মাংলে মাংলে চেল্লো চেল্লো।
ঈশিং চাইবসু গুরু! হায়দগী হেন হেন্না চাকখৎলক্রে।
মৈতৈ লৈবাক তুম্না চাকপা সোঈদ্রে পন বাংমা লান্না
মৈ চাক্লক্রে।
নংগী নংগী নথবাই হিংনবা চেন্নরো।

শান্ত। ( চেনশিল্লক্তুনা ) রাম রাম রাম! মহারাজ! উপায়
লৈতে। ঐনা মন্ত্র শোন্দুনা জল সথগা হাপ্পা ঈশিং
চাইরুবদা হায়দগী হেন্না হেন্না চাকখৎলকয়ে।
( নিংথৌ থাথন্না মুংবংনদুনা লৈকম থংদা কমকমদা চংদুনা
কমই, খোপল ইনবশিংস্থু থুকউ লৈভানা নিংথৌগী মাক
য়েঙ্গা খোগল্লি। )

শান্ত। মহারাজ! স্না লঙ্কা মৈ চাকপগী থাখিপা চপ মাপ্পনা
চাকখ্রে, কয়া কুইনা চাকনি শ্রীরামচন্দ্রগী কৃপানা সোঈদনা
মুৎথিগনি। থাগসু মহারাজ!

খোংমাং। ( মপান্দগী খোদেপ্পা চংলকতুনা ) অহম অহম (নিংথৌ
থুরশিল্লি)।

নিংথৌ। ইপু লাকপিরে। স্নাহন্দা ইপু কোরুমবা হৌজিক্তা
হাঈরম্মিবনি। ইপুবু হেনবা কনা লৈবগে? মৈতৈ
লৈবাক অসি মৈনা তুম্না চাকতুনা মাংবা ভারে। ইপুনা

মুৎপিগ্রবদ্রি লৈবাক অসিবু কমবীনবা কমা লৈত্রে। ইপুনা মৈ অসিবু মুৎপিয়ো। অদাবসি অমুক্তা কোকশিন্নো।

খোংনাং। কম্নিগী বাগদ্নি নিংথেম! লৈবাক অচৌবদা পোকপা খং-হৈমবা মৈতৈ লৈবাকপু ঙাকপি শেমবিরিবা গুরু লৈরিনা।

শান্ত। পণ্ডিত! লৈবাক প্রজা মীয়াম চংদুনা মুৎনবা ঊশিং হোন্দুনা হৈবদা ঊশিংবু ঘা থাওগুম্না চাকপা, ঐনা খংজবা হৈজব পুন্নমক হোৎনদুন মুৎনবা তৌরুবস্নু হেন্না মচাকপা চুম্নগী মৈচাক নত্তে পণ্ডিত! অকিবগী মশক্নি। ঐদি ঙমদ্রিয়ে—

খোংনাং। হঁ—হঁ—হঁ—চাকসন্নু কংলাদা নত্তে পোঙ্গৈরে লমদম থুংনা চাকসন্নু ঙমদববু কমদৌনি? লৈবাক মীয়াম পুন্নমক ময়ুম ময়ুমদগী পোৎচৈ হোন্দোকতুনা লমহাংদা লোইনা লৈনরি। ঐখোয়সু কৈথেল অহাংবসিদা লৈদুনা কুম্মৈ য়েংদুনা লৈবিরগা লোঙ্গৈয়ে হাঁ—হাঁ—হাঁ—

নিংথৌ। ইপু লৈথোকপীরগনু, ঐগী ইয়াম্নংনি বাজয়ো হাঙ্গৈরত্রা? নিংথৌ ঐবু য়েংবীদ্রবস্নু মৈত্রবাক-চা মম্নাম্না বাম্নিবসে য়েংবীদুনা ইপুনা থৌজানবীয়ু।

খোংনাং। হে নিংথেমও! মিৎনা উবা মৈ অসিদি অয়াঙ্গবনি। মিৎনা উদবা মৈচাক অসিবু কম্নম খাংসিবনো? আঃ—ইনিংথৌগী মাং থানা লৈবাকৌ মহুৎ শিন্দুনা ফত্তবা পুম্বা মায়োক্না মাংথানা হাম্না শিগে নিংজবক্রবা মনাই ঐনি অত্নবু ময়াংগুরুমা চাওথোকপা মৈতৈ ঐখোঙ্গৈবু কৈস্নু লৈতা

উশিত্তবা পংলবা পুক্সিংনা থম্ম। বাম্মৌহুনা তাঙ্গৈবংমী ওঙ্গৈবগী অশাওবনা খুহুম চল্লুম্মে। স্না খুম্মাখাদা লংজখিবা ভাকপিম্মি।
[ খুরুম্মি ] বাবিগম্নু ইনিংথৌ। মনাই লৈজরি।
[ হৌগত্তুনা ম্মেংলগা ] পন মন্নুংদা ঙৈশিংবু থাওনা চাকপগুম চাকলিবা অসিবু কাত্তোকও।

নিংথৌ! স্ন হল! ইপুনা তাকপীবা মতুং ইম্না পন অসিবু থাদোকহল্লো [ শ্যাম খুম্মনা চংখ্রে ]

খোংনাং। হুঁ থাম্বী মৈত্রেং অম্নাবা
মৈ নংদি নদোম খোম্মকপস্ন নত্তে
মৈ নংদি নদোম লৈজবস্ন নত্তে

শিদবা মপুন তাঙ্গৈবং কুম্মৈ শাম্মগে হাঙ্গৈনা বাথম তৌম্মকপদা—করিস্ন লৈতা তিংকা—কোক ওঙ্গৈম্মবদা, মপুগী মতিক হুমগেম মুংশিৎপু খোম্মক্লে; মুংশিৎনা অইংগী মতিকপু মম্মাইনা লোনা লাইজ তম্মং ওঙ্গৈম্মে। ঙৈশিং মুংশিৎ চাঙ্গৈনম্মে থাম্বী মৈশাম্নবী ফাওম্মক্লে, মৈ নংবু তাঙ্গৈবং মপুনা পুখোকচবা নত্তবম্মা?

নশেক নঙাল নিংথিম্মিবা অক ফত্ত ম ইদনা পোৎশক অমদা চাকপা নত্তনা, মৈ নংদি মীনা উনা লৈফম্মোঙ্গৈম্মে।

হে তাঙ্গৈবং মপু শিদবা
থাম্বী মৈ কোবস্ন
লাইম্মিংথৌ অতিক নম্মাইম্মি

ম্লাইক মুংঙাঈ কুবিনবা
ভাঈবংগী শেন্দীবা মপু
অরা অনা পিকয়োঈয়ে !!

মৈরমলোমদা চিংলগে [ মথুংনা চিংবদা মৈরি—পাঈরক্লুনা]
ঙঈনা কোনগে [কোল্লি] য়েংনা পাঈগে [ প'ঈগল্লি ]
লমপাক মন্নুংদা নমশিন্দুনা থমগে। মৈ নংদি [illegible]বা
মাংলোঈদবনিমা লৈবাক্তী অরাবা ফংলমদাঈদদা থুদম
তৌবিয়ো। [ মৈ পুম্বনা থুনা থোকখ্রে ]

মীয়াম মন্নুংদা। চিংঙু খোংনাংথাবনা—

" ম্লাইকয়ে "

শ্যাম। [ চংলক্লুনা থুরম্লা ] পাবুং মৈ যুংখ্রে—

শান্ত। [ লেপথংনা য়েংদুন ] রাম রাম ! লাইনা যুংলেদা—
নিংথো। অঙকপা মগুণনি, ইপুদি চিংঙু লাইমক্লি।

শান্ত। হে লাইবক ফবা মহারাজ ! মহারাজগী মঙ্গলগীদমক্তা
মৈতৈ পণ্ডিতপু মপুক্লিং পেম্না মহারাজগী নাক্তা থম্মীয়ো।
[ খোংনাংথাবা চংলকই ]

( মথুং লোম্লনা ) মী পুন্নমক্তগী অথোঈবা চংবিরকউ।

খোংনাং। ঐবুরা ? হঁ হঁ—থৌরেন—থৌগন্নু গুরু ! সগোলতবু
থৌরগা চৎপনি।

শান্ত। পণ্ডিত ! ঐমা য়াম্না যুম্না খংবা ঙমলে—মমাংদা ঐনা
পুরাণ যজ্ঞ তৌবদা মৈশামা চাক্লুনা লাইথুং পক্লবা ঐবু

পুরুপ সোবীদা লুপইন্নুনা কহল্লগা আনন্ত-দেববু দর্শন কংহনবীহি। দেশ অসিদা আনন্তনা লেংলনা লৈবতা নত্তনা বিষ্ণু, মহাদেবনচিংবা দেব সভা পুম্নমক শুনা ইকাঈ কাঈদনা লৈরব স্বর্গ ইন্দ্রলোকুন্নবা মণিপুর লৈবাকনি—

খোংনাং। হঁা—গুরু? "শিরবমু মরুনা হেক যুই" হাঈবদু হেক তোইদ। হঁা হঁা "লাই মরোন মচিন থি"—ওঈদবা লাই মরোন মরোন নংনা হাঈজিনবা মৈত্রবাক চানা থং থংতোকউ ওমদা মহৌশাগী ওঈবা লিচৎ মাংন-নবা হেক যুইদ—

শান্ত। পণ্ডিত! দেবতাগুম্বা মগুনা ঐবু ওাকপিয়ু। শান্তদাস ঐবু তাঈবং মীগী থাংমদা লৈক্লববা পণ্ডিতনা তাকপিয়ে। মহারাজ! ঐ ওসিদগী চৎচদুনা হায়গুম্বা লাই মিংচুনা লৈক্লরগে—

খোংনাং। কিপনে গুরু! করিগী কিরিবা? মৈতৈ মা লৈমরোন্দা পানবা মৈতিংঙু নিংথৌরেম থিবিক্লা, মরৈবাক্তা লৈবা লাইনিং লিচৎ তিন্নদবা কাংলুপশিংবু মাগী মাগী কনবা শেম্বীবা নত্তনা ওসি কাওবা থুং থিংজন্ত্রি। হে মৈতিংঙু নিংথৌরেন অথোঈবা! নমাইনা থংজবা বারম থরদং হঙ্গৎ-চরমগে—পম মনুংদা ঈশিংবু থাওমা চাকপগুম চাক্লববু থাদোক্কুবা কাংথোকপা—"কংলা ইথোং কাংপা"—কৌরসনু। মৈদি মুৎথ্রবমু মৈনিল ওমমা কাওথিবমা লৈবাক মমা তপনা পানথা য়াথোঈদৌরে। নীংৈরবাক

চাগী ফিদম লৌতুনা চাওখৎলে য়াইকয়ে বাখয়া মীগী মথা পোম্না মীনাই ওয়না পাল্লবিদো ! লমাইগী অমদি ইয়ৈ-বাকচাগী চাওখৎনবা য়াইকখবা হোৎনগদবা পাম্বে ইয়ৈ-বাক্কী হৌখ্রবা লিচৎ য়েংতুনা ইপ ইপুগী খোঙ্গুল লিবতনা অথোক্লবনি খল্লম্মোক্লদো। মতম খোংলৈ তুংইম্না নোংচুপ পোং হাংঙে ওমদাইমবস্থ তাম্নমি অথংবস্থ থুপখিমি অহৈবস্থ তাংলন্নি। বান্নিনবনা কান্নবম্মোই মিংথেম ! মলাইদেনগী মাইচৌ ৭ (তরেৎ) না থুপত্রিঙৈদা মৈতৈগী লিচৎ মাংদনবা তাম্না ভুংগী মীয়োনগী দমক লাইরিক ওয়না ইতুনা খম-ম্নবা মনাইনা থংজবা খম্না হোৎনতুনা য়েংজহৌপে। মতম লৈত্রে নমাইনা খম্না হাম্না চৎচম্বে।

( থুরম্নপা চৎথ্রে )

মিংথৌ। ( বাখমনা তুমিন্না লৈরম্বদগী ) আ—উম—কনানো অমা চৎলু—তানয়্নৈশংগী শংলাকপদা সেনফাং পুংজাও থিন্না লৈপাক মীয়াম পুম্নমক কৌখৎলু হাঙ্গরু।

# *Light off*

“ সেনফাং পুংজাও য়ৈবা ”

## ৪শুবা উৎপা

# "লক্ষ্মী"

[ মুংদাং অথেংবা ]

লাইরেম্মা মাইবী ফিজেৎনা উখোংদা ঙাহুনা লক্ষ্মী
চৎকমদা মখোং অনি তিংথোক্লা ফমহুনা—

ইশৈঃ—

মুংবান পুন্সি ইবানদৈ
চারোল তরেৎ খোলমলদৈ
শুরোল তরুক তানফংদৈ !!
ফত্রে ফন নৈশিলদৈ
ম্লামত্রে হাপন চাইশিলদৈ
চহুই কাংবা লৈমাংদৈ !!
লাই ওঈব অহলশিং
খায়োম শানা পীনৌও
চীংখৈ পাংনা কোনজগে !!

খোংনাং। ( চংলক্কু ন। ) ইমা নংবু কনানো ? অহিং অথেংবদা নখোংনা লক্ষ্মী থিংনা তেংথারিবী !

লাইরেম্মা। ঐদি তাঈবংপানবদি নত্তে, খোইযুম লাইনি ওঈ-নিংবতা ওঈবী ঐনে। মৈতিঙু খাগেম্বগী হাক্কক্কা লাঙ্গোন

লুখোঈনা চাকমাং পিজদুনা মাগী তানলোই ওঈহনখিবী হকচাং অসি লাই ওইবা য়াদা লমদেংদা খাগেৱ মাঈবী কোদুনা লৈরব্বী ঐনিনে। ( মখোং কোনশল্লি )

খোংনাং। ইমা খোংগুাক লৈমা? মকমসিদা লৈরম্বদি করিগীনিনা?

লাইরেম্মা। ইপাখোই সলাইলেলগী মাইচৌ তরেৎ উনগে—ইপাখোঈনা থুপত্রিহৈ—লাইপুংথৌ লাইলৈমা লৈথিকী ইলাং থৌনিপু হুনতোক্লা মাগী লিচৎনা লৈপাক অরাবা নংহনবা নোংশা নিংশৌবু; মমা সতুং লৌগাওবীনা পোকপা মচা কৈগী নিংথোন নোংপোক্লা তানথোক্লা নোংশা খরাই মাংলনি ঐগী ফাংখোং পাঈরগে। লাই ওঈবা অহলশিং ইপাখোঈগী পুর্নাস হাপ্লা কোনগে—তুবী মগ্নোন চোংনা, লাইলেল ফলাং মৈদা তোংনা লাইনিং লিচৎ মাংদনবা নোংতম নেংখাঈরম্মে।

খোংনাং। ইমাও! লৈবাকী ওমদ ঈনবসু বাদৌরি। নোংচুপ খোং হাংঙে! অরাবা নংবত নত্ত মপা মচা খংনররোই, মচিন মনাও চান্নররোই। মীরোন সিদি লাইবু লাই মা মাগুম্বনা লাকচবা ওম্মোই। ঐখোঈসু লৈত্রবা—মতুংদদি —নোংচুপ লমতগী খামোন্না বাখেৱ থোদানা পানখ্রনি। ঐখোঈনা লৈবগী কান্নব্রে ইমা!

লাইরেম্মা। ইপাও!—তিলশোম লাইশোম চৎনজোল পুন্নমক মাংবদা তারবা?

খোংনাং। পুন্সাংদি মা'ংলোই ইমা! মুং পাল মাইনা চৎকনি। অচুদগী লাইনেল মিংথৌ মতিক মন্নাই চমনি। মৈতৈগী শাপৈ অরিবনা তিনথোং লাইথোং থংনবা থিরক্লনি। মৈতৈগী লিচৎ অরিবা হনচিল্লক্তুনা কোঈনা পুন্না থিরনি।

লাইরেম্মা। কদাঈদগী কংনি? খাম্বী মৈমুংদা উৎ ওঈদুনা মাংখ্রে। মৈমুংদগী শক্তুনা থরনা ঐনা লোৎশল্লে। অরুবা পুন্না মথেনা ইপাথোই মাইচৌশিংনা লৈমুংদা লোঈনা চনশিল্লে। কনানা থিবা থংনি?

খোংনাং। থুপচিন তাশিনথুবা লংনা লংচিনবু তুংগী মীরোন মপা মপু মশক থংবা শিংনা থিজনবা, ঐথোঈ মাইচৌ তরেৎকী তিন্নকম "ত্তোজেং পোকপী লাইকোন্দা" মলাই তরেৎকী মাইচৌ তরেৎ শুনা তিন, থৌরম পুন্নমক লাইরেক ওঈনা ইদুনা থনম্নবা তিন্নরুখিগে। শিদবী ইমাও! অরিবা মরু থুন অচুবা পাম্বী হোৎল্লু, সোঈদনা মপান শাগনি; মহৈ মরোং চুন্নবু তাওজিং মশিং কাদুনা লেন্নবা হৈনাং ম্নানগনি। খোংতম খোংথাইবা ওম্বী ইমাগী মতিকনে। চৎচরুখিগে ইমাও!

লাইরেম্মা— (ফুক হোৎনা) চৎলগে? ইপাথোঈদা হাঈরগা ঐতোন্দদুম তাঈশল্লে? করে—মতম অদো চকি মতুং ইন্না শোঈদনা লাকসনু। ইপাথোইমু থুপত্রিচৈ ওম্বা মথৈ হোৎনবীরম্মো।

ঐস্থ—( শৈশক্লনা )

খুত্থুম চেৎনা শরিক খিংনা
য়ুমথোং খুদিং লাই কাগে
হৌখিবা পুম্বা পাও তাক্লা
ওঙ্গদৌব খৈবিক পাও চেনগে
মপুগী য়াইক থৌজাল ভাঙ্গনা
ইপাস্থু চৎলো ঐস্থু হল্লগে !!

***Light off***

৫শুবা উৎপা

# "ফমদোঁশংলেন"

( খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ দা )

মাইদা। শেকপীন মথোল মাপন থবথা মা
তাংবল থক্তা নিংথৌ কন্মি।

তুংদা। শামৈ কাংহাই তপ্না হুমলি।

নাক্তা। সেনাখুনবনচিংবা নিংথৌগী থৌগল
চংবাশিং খুকউ লৈতানা লৈ।

নাক মেন্তা। থাং, তা পাঙ্গবশিংনা খুকউ
লৈতানা কমদুনা থৌগল্লি।

নাকল অনিদা। ফক্তোপ থক্তা কয়াংজী থাবা ফীদাদা অঙম, অথৌ, কম্নাইবাশিংনা পয়েং শানা কন্মি। মেৎথংবা মচিন্দা শান্তদাস, ওঙ্গথংবা মচিন্দা থোংনাংথাবা কন্মি।

নিংথৌ। লৈবাক্কী অঙম, অথৌ, কম্নাইবনা চিংবা লৈবাক থায়েল থৌদাগী থবক ময়াম পুম্নমক পুথীরিবা শুনা তিলে, ধর্ম্মগী ময়মদা থায়েল থাকমরিবা অথোঙ্গবা গুরুদেব মাওথীরে, মৈতৈ ঐথোঙ্গগী চৎময়োল পুম্নমক থায়েপলিবা থাচুম শুবা মাইচৌশিংগী লুচিংবা মকোক ইপুম্নু লৈথীরে। ঐগী মতম অসিদা মৈত্রবাক্তা ধর্ম্মগী থাথোক অচৌবা অমা ওঙ্গরে। থামান্দি কোবা ধর্ম্ম অসি চৎনিংদবা মথৈদি চৎত্রসনু। মৈতৈ ঐথোইগী লাইনা

ম্রাত্রে ঐঙোন্দা অরাবা শরুক্তা ওঈরে। ধর্ম্ম অসিগা মরি লৈবা লাইরিক লাইশুনাচিংবা পুম্নমক মৈ থাদোক্লো।

খোংমাং। হৌনদে ঙিংথেম! ধর্ম্ম অসিবু মরু ওঈনা চৎপমীনা ইঙিংথৌগী থুকন পাঙ্গলবগী দমক কিরবস্থ মপুক্তদি ম্রাম্রা তাখিগনি। মিংচৎ থিবদা মতুনা লাইয়েক মৈ থাবগী ফত্তবা থুদম পানগনিয়ে।

ঙিংথৌ। ফরে ইপু! লৈবাক্তা পাম্ব মতুং ইন্না থোক্লকপা থোদোক য়েংনা শিল্লসি। বাকম অমনা—লৈবাক ঙাক-লোলগী মরমদা, ঐনা চহি ২০ চংলকপদগী মৈতৈ স্না তাংবলদা ফংজদ্রুনা পোইরৈ লমদম মনিপুর স্ন লৈবাকী থোগল ফংজরকপা ইহুৎশিন্না লৈবাকী থোগল ফংভবা ঙম্বা ইচাশিং লৈয়েদো—বায়েল থোদাগী থবক মম্রাম পুম্নমক মানা মানা ঙমগদবা মথৌ লৈবাক থংবা শিন্ন-জদ্রুনা ঐদি লৈবাকী ম্রাঙ্গকনবা লাইঙিং পরৈ চেৎনা মতম লেঞ্জরগে—অদুনা—অর্রাম্বম চন্দ্রমা পোকপা খ্বাঙ্গী অহল শ্যামশাই থুরাই লাকপদা মৈতৈ স্না তাংবল শিন্নরগে। ভাংবম চনুনা পোকপা স্নাহল মুরারি শাইদা থুরাই লাকপা হায়গে।

লাইরিকয়েংবম চনুমা পোকপা আনন্তশাইদা লৈবাকী মন্ত্রী ওঈহনগে।

চিংঙাথম চনুমা পোকপা হরিচরনশাই, গদাধরশাই, দুর্লভশাই অহমগী ম্রাইমা গদাধরশাইদা সেনাপতি ফম

পিরবা, অখিরা লৌ ইংখোলগী থবক্তা মকোক খোংবা জোক্লং পুরেনগী থবক পুহনগে।

বারেন্দ্রম চন্দুর্মা পোকপা চিৎশাই, নন্দশাই, লক্ষ্মশাই, সব্যসাচীশাই, ভরতশাই, শত্রুঘ্নশাই— মখোই তরুবী মনুংদগী তোলেন তোবা মতুনা ময়ামুং মচাবু পাংচ লোইশংগী থবক লুচিংবা অমমম পাংচহনবা ওইহনগে। শত্রুঘ্নশাই তোলেন তোবনা তরুক, বাগী লোইসংগী মকোক খোংবা উক্লংপুরেনগী থবক পুহনগে।

হাওবম চন্দুমা পোকপা

ধরশাই।

মাইবোম চন্দুমা পোকপা

হরিশাই।

থাইনম চন্দুমা পোকপা

ভোরামশাই।

অয়াম্বম চন্দু মহানা পোকপা

তুলসীশাই, মেঘশাই।

মোইরাংথেম চন্দুমা পোকপা

কেশরশাই।

মখোই তরুক্তি ময়াম্বুংশিংনা মখোয়গী মতুং ইন্না মাগী মাগী মতিক চাবা য়েংভুমা শিলহোয়সনু।

অহিবা লৈবাকী অঙম অখোনচিংবা গুরুদেবদা কবি মচিংখিংবা?

শান্ত। য়াম্না কৈ মহারাজ। মসিদা য়াম্নিঙ্লবা কথা য়াওরোই।
ঐসু লাইমিংবা চৎকনি মহারাজ।

খোংনাং। করি হাঙ্গিবা গুরু! গুরুসু লেংঙনি হাঙ্গিবা লাঙ্গ-
মিংথৌসু লাঙ্গ নিংঙনি তাকপিয়ে। লৈবাক ইরাং হৌরকপা
তারবসু লৈহৌবা মীগী মশক্কি ঐ, ঐ করগা লোঙ্গয়ে।
লৈবাকী মরামংনি সিরা?

মিংথৌ। করম্না ইপু! লোম্নবা লৈবাক্না লাল হৌরক্লবা
মথোঙ্গবু থুডুম চৎশনবদা মতুমা হিরম লৈবাকী মিংথৌ
য়ামথরামন্দা ইচা সুপী প্রজাবতী, অমাগী তোংদোই মিং-
থৌদা ইচানুপী মস্তমালা থাজতুনা মৈতৈপা মরি লৈহল্লম্মে।
তথেল মিংথৌসু মাঙ্গথিবা পিডুনা মথোঙ্গগী লোইরমশিং
মনিপুরগী লোইরম ওঙ্গডুনা—"তথেল ঙম্বা" হাঙ্গনা মিং-
থোম ফংডুনা মৈতৈ লৈবাকী ইংনা মম্না তপ্না পামবা
শিন্দুনা লোঙ্গয়ে সিগী মথক্তা মওশিং অসিগু মশা ইৎপা
ঙমজরবা, মমামবনা ইরাই লাইনা লাকচবদি য়ামরোই
থংনা হাঙ্গিরবনি। -লৈবাক ইরাং হৌরকপা তারবসু লাইনা
লাকশনবা ঙমলগদবা ওাক্নি।

খোংনাং। স্না য়াথং তাকপিম্নিবা য়াম্না চুমই মিংথেম! মশাইসু
ইশ্বাগীরমক্তি য়াজয়ে। লৈবাকী অঙম্বশিংবা করি হজং-
মিংইবা মরামগী বাদা মওাঙ্গয়ে।

নিংথৌ। অঙম্বশিং কনা য়ামিংদবা য়াওয়িবা ? য়াদকমন্থ থোক্তে নিংথৌ ঐমা ইরৈবাকী ইজাতীগী য়াঙৈকনবগীদমক বাথল মুম্না থল্লহুনা হাঙৈয়বনি। কৈরুংবা।

কৈরুংবা। [ থুরম্না মথুৎ লোম্নহুনা ] স্না য়াথং তাকপিসি লাঙৈনিংথৌ।

নিংথৌ। হুজিকমক থোৱাং পুম্বা লোঙৈহুনা শ্যামশাইবু লৈবাক মমাংদা থুনা পুরকউ মৈতৈ স্না তাংবল শিম্নগে।

কৈরুংবা। লাঙৈনিংথৌ!

[ থুরমহুনা চৎস্রে, গোমতী চংলকহুনা ]

গোমতী। শ্যামশাইদা—মজাইবুংঙো অহল শ্যামশাইনা মৈতৈ নিংথৌ? হঁা—হঁা—হঁা......

নিংথৌ। গোমতী!

গোমতী। লাঙৈনিংথৌ!

নিংথৌ। গোমতী!

গোমতী। স্না য়াথং তাকপিসি। নমাইনুবীমা ফিগাও শাবা য়াজনি।

নিংথৌ। নং নুপীনা লৈবাক মমাংদা ? মকমসি করিনো নং থংস্রত্রা ?

গোমতী। ননাই য়াম্না মুম্না থংলৈ। লৈবাকী অঙম অথৌ পুম্না হঙৎপা ভমদা তুমিন লৈমবা, লৈবাকী মমা অমা ওইনা লাঙৈনিংথৌগী য়াঙৈকনবগীদমক, লৈবাকী অকবা ওইনবগীদমক, নিংভাঙৈদথা লৈজবা ভমদবনা চেঞ্জরক্লিবমিদো লাঙৈনিংথৌ।

নিংথৌ। লৈবাক্তা করি পাম্মিবা ?

গোমতী। লৈবাক্তী মচুংশিন্না মনাইন্নবীদা লাওজরি—স্না য়াথং তাকপিখিবা ময়াম অদুগী মনুংদগী— মৈতৈ স্না তাংবল থাকপিনা স্না য়াথং তাকপিনবা হাঙ্গজরি।

নিংথৌ। হাঁ মুপী! মংমা মুপী অমা ওঙ্গনা নিপা অমদা চৎ-কদবা লমচৎ কাঙ্গগদবা বাংভাংদগী কা হেন্না—লৈবাক্তী নিংথৌবুস্থ নংগী খুদোনবীনা লৈতুনা পুনি নিংবা শারি। নংগী অকনা ওঙ্গনিংলবদি মক্ষমসিদগী থুনা চৎখ্রো।

গোমতী। স্ন য়াথং তাকপিদবা অতৈ করি ?

নিংথৌ। পস্থববদি—মুপীনি য়েংদনা মৈতৈ তাংবলগী য়েক্লবনি হাঙ্গনা মীয়াম হোনা নথক্তা থুৎলাই পাঙ্গনরকতুনা অয়েম্বদা লৌতুনবাশিংগা লোঙ্গননা নথবাইতা মাংদুনা তোকচনি। চৎখ্রো চৎলু!

গোমতী। লাঙ্গনিংথৌ! থবাঙ্গ থানি কিবনা গোমতীনা ওসি কাওবা হিংলি নিংবিবরা ? শিরবা মুপীদা লাঙ্গনিংথৌনা অকিবা উৎপিরগা হিংলকখিগনি থনবিবরা ? স্না বুদ্ধি থেল্লগা কনাদনো অদুক য়াম্না শাওবিরিবো ?

নিংথৌ। কয়াদা তৌ ওমখ্রবীনো— ? হাঙ্গয় মুপী! ঐনা হাঙ্গবা ইনগদরা ইল্লোইদরা ?

গোমতী। স্না য়াথং তাকপিবা পুম্বা ননাইন্নবীনা ইঞ্জরি— ইঙ্গরোইদবস্থ লৈতে। চুম্নতা তাকপিবস্থ মত্তবা—ইবুথৌ

শাথংবা পম্না বাশক্না স্না ম্নাথং তাকপিবা লাঈনিংথৌ কিজবনা লোঈনা ইগ্লনি। ঐগুম্বীনা ইগ্লদবা ইতিল্লা ?

নিংথৌ। অরং অরংমনা—গোমতী !

গোমতী। করি থোগল্লোল কাঈনা লংজবা ম্নাওবা স্না নোংদম্বীসি ?

নিংথৌ। নংগুম্বীনস্নু ঐগী নিংবদা অপনবা পিরি ? হাঈয়ু নুপী ? ঐগী নিংবা থুংবা পাওখুম ?

গোমতী। লাঈনিংথৌগী নিংবা থুংবা পাওখুম—শ্যামশাইনা কংকম থোকপা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ, ঐনা পৌকচবা ইচানিপা অহল চিংশাইদা হুজিকমক শিন্নবিবা—

নিংথৌ। গোমতী !

গোমতী। বাশকপিবা কাউজদ্রি লাঈনিংথৌ !

নিংথৌ। লমহেনগনু গোমতী !

গোমতী। মৈতৈ লৈবাক্কা গোমতীনা মনিং তম্না পাপ্পবা, লাঈনিংথৌ ম্লেৎপিরোঈদো ?

নিংথৌ। কা হেন্নবী নুপী ! ঐগী নিংবা থুংবা পাউখুম নং পিবা ওমলরোইদ্রা ?

গোমতী। লাঈনিংথৌ ! মনাইনুবীদা মতুনা মালেমদা লৈরিবা মীওইবনা লাঈনিংথৌ বাশক কাঈহনগদবা মরু ইহুন তমদ্রিনা ইনিংথৌ !

নিংথৌ। হিংচাবী ! নুপী ওঈরবসু হিংচাবীগী মথবাঈ লৌবদি ধর্ম্ম কাঈদে থংজো।

গোমতী। হিংচাবী—হুঁ—

[ মিংথোয়বা থাং পাইনা গোমতী তন্না চংশিন্নবদা চিং-শাইনা থোগললা চংলকপা শ্যামশাইনা নিংথৌ মথোং কোয়া থংতুনা—ময়ামম্থ হোৌগংতুন.— ]

শান্ত। মহারাজ !

খোংনাং। ইনিংথৌ !

শ্যাম। লাইনিংথৌ ! অকনা তানথংশিনদা লমথাংদা মাংহন-বিগন্থ। ইমাসিগী করি মরাল লৈ ? লাল্লিবদি নশাই ঐনি: লৈবাকী য়াইকনবগীদমক নচাবু মতিক চাবা চৈয়াক পিবিয়ু।

মিংথৌ। শ্যাম !

শ্যাম। লাইনিংথৌ ! নচানা লাইনিংথৌ স্না খোং শোক্লা, শ্রীরামজী প্রভুগী মিংলেন পঙ্গনা রাশকচরি—লৈবাক ময়া তপ্না ঈংনা পায়বগীদমক— শ্যামশাইগী কংকম খোকলবা মনিপুর স্না লৈবাকী মৈতৈ নিংথৌ থুবম পুক্লিং শেপ্ত', চিংনবা লৈজদনা স্না থুয়া থাদা কংথোকচরি—

নিংথৌ। শ্যাম !

শ্যাম। মতম থয়দগীম্থ নংচদে পুন্সিচুপ্পা·—

নিংথৌ। শ্যামশাই !

শ্যাম। লাইনিংথৌ !

মিংথৌ। ঐবু নপানি থন্দুনা কেথোকপা, নিংথৌ ওইনা লৈবাকী ক্ষমবগীদমক্তা উশন্নদা—তাশন্নদা মুষীগুম লেপতুনা লৈবা ওমলোই ! হুজিকমক নথৌ পাংথোকউ।

শ্যাম। স্না য়াথং কিগাও শান্না য়াজরি। লাও জিৎ! লাঈ-
নিংথৌ স্না য়াথং পিখিয়ে। মং ঐগী শোঈফত্রবা ইথৌ
পাংথোক্লসি—

নিংথৌ। শ্যাম! কয়েম্নরবা—লংনরবা? মং য়াওনা?

শ্যাম। লাঈনিংথৌ—

নিংথৌ। তুমিন নৈয়ু। অহল ওঈরে খ্লিবা গরীবনেবাক পাঙ্গল
য়য়েং তারে খনত্রা? লমহেনবা কয়া কয়া ইরাঈ লাঈনা
লাকশনবা ভন্নবা থোনা, লৌশিং বাত্তনা নৈরি। মং মংগী
পোঈরৈ য়েংন্দা চৎকনি নিংত্র? নখোঈ পুম্বা ঐগী
ইমাংদগী চৎথোকখ্রে।

শ্যাম। তাকপিবা স্না য়াথং ইঞ্জনি—মফমসিদগীতা নত্তনা মনি-
পুর বাংমা লানবা তারবস্নু কোক নোম্না ইঞ্জনি।

[ খুরমজুনা চৎকে তৌবা—চিৎ ইরৈ )

নিংথৌ। শ্যামশাই লমহেনগনু।

শ্যাম। পাবুং! মচাগী শোঈফত্রবা বাশক্তি থোনা লৌশিংগী বাং-
মদনি। চিংগুম লেংজয়রোঈদবা নমাঈগী বাশকনি।

( থুনা চৎখ্রে চিৎ ইরখ্রে )

গোমতী। জিৎ!

নিংথৌ। ( মচাবু মুম্না য়েংহৌনা )

বা—শক—পা—

গোমতী। চুম্না অদুক শকচবা হাঈবজুনি মনিংথুংদজুনা—অপাম্বা
কংঙ্গবদগী মচিনথোক পংভাং ভাংজবু—

মিংথৌ। গোমতী! নংদি হৌজিক কাওবা চৎত্রি?

গোমতী। মা য়াগুম্বা লাইনিংথৌ স্না য়াথং ইন্দ্রগা মনাই-
    সুবীবুস্থ স্না য়াথং ইল্লোইদোরে থবথিবয়া?
    শিবা তারবা কাওবদা মাই নৈজয়োই। স্না য়াথং মতুং
    ইয়া যৈতে স্না তাংবন্দা চিংশাইবু থাঙৎচদুনা লাইনিংথৌ
    বাশক ঙাকচনি। কনা নৈ? হুজিকমক চিংশাই থুনা
    লাক্তবা য়াদে হাইবু।

মিংথৌ। হাইস্—

    ( মকম থংদবা অঙাওবগুম চৎথ্রে মীয়াম শুম্নমক ইকখ্রে )

গোমতী। ( মথুং লোয়নবা থুকউ নৈতাডুনা )

    সিতানাথ প্রভু দয়াময়!
    অযোধ্যাকপী কৌশল্যা কাইনডুনা
    পোক্তবী কৈকোয় ঙাকপিবা!
    সুগ্রিবা মরূপ ওইবিডুনা
    বালি মিংথৌ লানবিবা!
    তারকগী মথুং চন্থুবী
    অশোক বনা ফাথুবী
    জানকী সিতা মগুংলাং
    লানৈঙমত্রবা সমুদ্র থিংডুনা
    য়েক্রবা রাবণ মাংহন্দুনা
    বিভিষণ মিংথৌ শেম্বীবা
    কনা হয়া উজত্রবীনা

ভাড্রাবা স্না থুম্নাথাদা
থবাই মঙা কৎচরি।
( মিং উইশম্না থুরম্মিঙৈ চিংশাই অমসুং শ্যামশাই
চংলকই )

চিং। ইমা ম্নাম্বুংসু লেংলক্লি।

গোমতী। ওঃ—শ্যাম!

শ্যাম। ইমাসি!

গোমতী। কব্রিগী লাকপনো?

শ্যাম। নমাইগী ইথৌ পাংথোকচগে লাকচবনি।

গোমতী। কমাগী ম্নাথংনা মকমসিদা চংলকইবা?

চিং। ইমঃ—

গোমতী। মিংথৌ মচানি ওমইদো সিন্না?

শ্যাম। ইমাসি। স্না ম্নাথং অচুম্বোমা তাকপিত্রবসু—স্না সঙ্গাইদা লেংশন্দুনা মুংঙাঙ্গনা পোথাবিরু। লেংবিবনা করত্রা

গোমতী। হাঁ—হাঁ—ঐবু চৎলো? থিংইবা ঐবু চংহল্লোঙ্গদবনা হঙ্গৎনা তাল্লরি? শ্যামশাই! ওসিদি গোমতীবু মহৌ-সাগী মুপীঠুনি হাঙ্গনা উগনু। তাঙ্গবং মী কম্নাবু ইনাই লাঙ্গনা মাংহনবা ওনা ভৈরবী মুর্ত্তিনি হাঙ্গনা য়েংজো।

শ্যাম। ইমাসি! মচানা কম্নথা নংজথিবা ওাকপিসি।

গোমতী। ওাকপিম্নি—ঐনা ওাকপিবদগী হজিক কাওবা মিংথৌ-মচাগী মগুণ মাংদনা ইমাংদা নৈপত্তুনা্ বা ওাংবা ওম্নিবনি তাও স্নাহল। ওসি কাওবা গোমতীনা কমিগী হিংলি?

লাইমিংথোগী বাশক ঙাকথিগে হাইনা। ঐবু কৈমু নৈতবা নুপীনি থন্দুনা নংনা মৈতৈ মনা তাংবল কাবা কান্দা গোমতী ঐগী থবাক্তা মেৎতুনা ঙমলবদি কাজো মত্রবদি—

শ্যাম। ওক্রে নুপী! অপাম্বা, মিহোবনা কুপহিতুনা মী-মশক থংথিত্রে? চুম্না হাইজরবদি, ইথুক্তা থাং পাইনা ইঙকসি কক্লুনা পিবা ঙমগদবা শ্যামশাইনি। শিংমরবদি অকবা ঙৈরোই—ঙৈজবা মাংজনি।

গোমতী। হাঁ—হুঁ—হুঁ—অপাম্বা—মিহোবা—কনানা? ঐনা? হাঁ—হাঁ—হাঁ—ঙৈজবনা মাংঙৈনরবা মিপা! অকবা ঙৈ-মিংলবদি মকমসিদগী থুনমক হন্দুনা অপোকপা পম্মোগী মাক্তা নশা নশাগী কপদবা তামজরু।

শ্যাম। হাঁ—হাঁ—অদু কাওবা?

গোমতী। উম—ঐনা ম্রেংথিবনা সি ফাওবদং।

শ্যাম। ইবামক্লি থঞ্জতুনা—মচা অমনা থাংবা ওবদগী বাংনা লানা লাইমিংথৌ শোক্লা? হাঁ—

গোমতী। বা মথা তামদু শ্যাম! মকমসিদগী থুনা চৎথ্রো।

শ্যাম। ঐগী ইথোদা অপনবা পিবিনু?

গোমতী। নমহেল্লবদি নৈবাকৌ মহারাণী অমনা ইরাই লাইমা চৈরাক পিবা ঙমই হাইবসে মীপুম থুদিংমক্লা থংকম থোকই। থংত্রবদি শ্যাম! ঐনা তাকপিরি—মহারাণীবু ইকাই থুমহুনা মকমসিদগী থুনা হনথিবনা মিংথোমচা অমগী মগুণ মাংলোই।

শ্যাম। চ্রিৎ!

জিৎ। য়াম্বুং!

শ্যাম। ইমাংদা মথৌ থুনা পাংথোকল্লো—ইমাগী কুইনা লৈবা য়ারোইদৌরে।

চিৎ। য়াম্বুং! ম্না য়াম্বুং অদু ঙাকপিয়ু নমাওবু মুংশিবিয়ু। য়েন্না কলক মৈনুংদা নমাওবু থুজেং লাক্লা চিংশনবিয়ু য়াম্বুং ম্না চয়ম্না ঙাকপিয়ু।

[ ময়াম্বগী মথোং কোয়া থাংখি ]

শ্যাম। মং কাওবা ঐগী সিংজরগী থাংমদা লেপ্লবা! মংবু পিশক পিকহৈদমী ইহৈ পুথা থাজনা ভখিরকপা—ভশিৎ থওইদা ঐনা হাঙবা হিম্মল্লো? নমহেল্লবা? নথবাই কপ্পনর, খুৎলাই পাইমুহে।

[ থাং শৎখি ]

চিৎ। [ থাংকমদা চোংথোক্লা থাং শৎনা ] য়াম্বুং! ঙাকপিবা মতুং ইন্না নমাওনা থর্ম্ম চাক্লা থবাই পাম্মুদা য়াম্বুংগী মকমদা খুৎলাই পাইজবা ওঝা গুরু ওইবগী অমা নমাওবু ঙাকপিয়ু।

শ্যাম। মশা কমবা চেকশল্লো।

[ শ্যামনা থাং হোম্না চিৎশাইগা থাং হাইথখি গোমতী মুংশা থিনা থাংখি চিৎকি থাং কম্থতুনা শ্যামনা থাংদোয়া চিৎকি থবাক্তা থমতুনা ম্না তাংখল ভায়া ইনশল্লিহৈ। অভাবা থাং গোমতীনা খুন্দুনা শ্যামদা থাংদোয়া থিন্দুনা ]।

গোমতী। থাং থাদোকউ শ্যামশাই!

শ্যাম। [ হমা য়েং লেপ্তুনা ] জিৎ!

অপোকপী পলেম্নু কম্নিংলবদি থুনা মৈতৈ স্না তাংবন্দা কাখৎলু মক্রবদি—

[ থাংকমদা চোংথোক্লা গোমতীদা ওমশল্লি। ]

চিৎ। য়াম্মুং। ইমাগী থবাইতদি [illegible]।

[ শ্যামগী খোংদা কোম্লি গোমতী মথুত্তগী থাং থাদত্রে মুখীগুম লৈত্রে। ]

শ্যাম। ঐগী মিংবদা অপনবা পিগদবা মৈতৈ পোজৈরে লম-দমদা মরু হন্ত্রি। হোগৎলু হজিক মক ঐনা হাঙৈবা ইল্লু?

[ থাংবা হোগৎনা চিৎশাঙৈ থাংতনা নমহুনা স্না তাংবলদা কমহল্লগা ]

ইমাসি! মচানা লাকচবদা ইমাসিনা লাঙৈনিং পরৈ চেৎপিরম্বনা মচানা ইকাই খুম্নবিদবা ওক্রেপ্লিনি।

[ খুম্নথবি ]

গোমতী। য়াহল! গোমতীদি অচাওরম কানিংবী মুপী মত্তে, মসিমত্থু কাওগত্থু। পুম্নমক্কগী তোল্লবী, মীনাই নাইথাংনি। পুম্নমকসিগী মথক্কা ইবুংঙো! লাইবককবা! মংগুম্বু ইচানি হাঙৈনা কংজবা কয়বা মৈতৈ চম্বুমা মপুক্লিং পেম্নমা লৈবা ওমপদগে? ঐন্থ মমা অমা ওইনা ঐ মক্লা পোকচবা জিৎনা হেনবা মত্তে, শ্যামনা তাবা লৈত্তে। শ্রীরামজী প্রভুগী চরনা

## তশুবা মতাং

১বা উৎপা

(খৃষ্টাব্দ ১৭৫১ দা)

"কা"

জিংথিবা কযুং মথক্তা
গম্ভীবসেনাজ লোংবা হিগুনা
য়াথনা ওাওছুনা লৈরিৱে— ।

মঙ্গুংদগী গোমতী। মৈতিঙু্ং স্না মরৈবাং চিংশাইনা—

ময়াম। জয়!!

মিঙ্গো। (চুক তৌনবদা কযুংদা মথোং য়াহনা কমহুনা)

কথা—মৈতিঙু চিংশাইগু
মীয়ামগী অমত্তা ওইনা পোক্নোরা
"জয়" ?
কথাগী য়াথনবা ?
গম্ভীরসেনাবনা থরনং শোইক্কনী—
লমক্তা লৈবাক মীয়াম হৌনা
ঐগী ইথক্তা লেপদ্রবা?
কদা লৈ ?

[ চুক হন্না চথনা বরিপ]

হার—মদা তাজ্রা কদা কদা লৈ?

[ অোবেন জোবা থাং চুমেরই য়ানা চৎনক্তুনা থুরগা

খুকউ লৈভানা লৈ। ]

নিংথৌ। কনানো ?

তোলেন। মনাইনি পাবুং !

নিংথৌ। তোলেন তোম্বা।

তোলেন। পাবুং !

নিংথৌ। মং কনাগী য়াথংনা, কনানা হাঈদুনা ঐগী কাদা চংলকই ? ঐগী না তাদা ঐনা হাঈনা মত্তনা "কনা চংলকপা য়াদে"—মনা তাত্রা ? ঐবু ওাক সেননা অওম অথৌশিং করি তৌরি ? নিংথৌ মচানি—ইচানি হায়না মথৌ থংদা যুবাগুম য়েংদুনা লৈরত্র ? লাও হুজিকমক মশা লাকদুনা চিংথোক্লো।

তোলেন। পাবুং ওাকসেননা, নিংথৌসেননা মনাইশিং কনা লৈত্রে। মচানা শিঙ্গবি পাবুং !

নিংথৌ। করি ? —ঐগী না তাদা, মনিং মথা তম্না কনাগী য়াথংনা শিল্লিবা ?

তোলেন। লাইনিংথৌ স্না য়াথংনা পাবুং !

নিংথৌ। ঐনা—কয়ম্বা মতমদা হাঈখিদুনা ?

হুম—চিন্নাবা অওাং ! মং করি হাইনিংই ? হাঙ্গয়ম্বগা ঐগী ইমাংদগী থুনা চৎখ্রো চৎলু।

তোলেন। পাবুং স্না য়াথং ইন্দে হাঈদুনা মচাবু বাধৌবীগনু। ইথৌনা পুন্নবা মচাশি মচাবু ওাকশিবু।

নিংথৌ। / ওাকপিরি—ঐনা ওাকপিবনা হুজিক কাওবা মংওখনা ঐগী বাওাংগী পাওথুনদুনা ইমাংদা থেম্না ওম্মি। মশা

ওঙ্গৈবগী মচাদা মুংশিবনা চিনবাঙ্ষোংদা অকনবা অখিবা বাহৈনয়বস্থ থগ্মোই য়াওনা খুৎথোকপা ওনদবনা নংনা ঐহোন্দা কেথোকই ?

তোলেন। পাবুং ! মচা ওঙ্গৈবগী অপোকপা মপাদা থোগল্লোল কাঙ্গৈজবিংদবনা মনাইগী তোকম থোকপা ইথো তোজদা পাবুংগী স্না য়াথং তাজরি।

নিংথো। "তোকম থোকপা ইথো"—অসিগী মথো করি ?

তোলেন। লাঙ্গৈনিংথো স্না য়াথং মতুংইন্না—পাবুংবু ওাকশেনবা মনাইগী ইথোনি।

নিংথো। ( বাখন্না ওাওরিনা ) লা—ঙ্গৈ—নিং—থো স্ন—য়া—থং—ঐবু—ওাক—শেন—বা ( মচাবু মুন্না য়েংদুনা ) শক্রঘ্নশাই !

তোলেন। পাবুং !

নিংথো। তোলেন তোম্বা !

তোলেন। স্না য়াথং তাকপিসি পাবুং !

নিংথো। লাঙ্গৈনিংথো স্না য়াথং ! কনা লাঙ্গৈনিংথো ?

তোলেন। পাবুং স্না য়াথং তুংইন্না মৈতিভু লাঙ্গৈনিংথো চিং-শাই।

নিংথো। আঁ—হাঁ—হাঁ—হাঁ—
হাঁ—হাঁ—হাঁ—হাঁ......

মীমাইনুবী মচা হাঁ--হাঁ- হাঁ--ওক্নবী মচানা মৈতৈ স্না ভাংবল মাংখোক্লগেরা ? চৎলু ময়াম্বুং শ্যামশাই কৌরু । হুজিকমক ঐগী ইমাক্তা লাকমিগ্নৌ ।

তোলেন। পাবুং নচাদা পুওমনবা ইরাম হন্না হন্না হাপ্পিরগু— ইখৌ হুন্দোকখুবা থুবে অমা মাংহোক্না স্না য়াথং ইগুবা ওমজদ্রে ।

মিংথৌ। ঐগী চিন্থকা ? মথবাজি মাংমিংদ্রা ?

তোলেন। নচাগী হুনংদ্রবা ইথৌদা অকাঙ্গবা পিরবা ইপা থংদে ইচিম ইমাও থংদে ইরৈবাকপু ইংমা মন্না তপ্পা থন্নবগীদমক্তা থবাঙ্গা হকচাংগা খাঙ্গনদ্রি কাওবা ইথুক্তা থুংস্নু থাং! ( থাং শংবা পাঙ্গথি ) পাবুং! লেংশনবিদুনা সুংতাঙ্গনা পোথাবিথু নচাবা থৌদল কংজগে ?

মিংথৌ। হাঁ—হাঁ—অদু কাওবা ?— মথোক্তি কমাসো অমা শ্যামশাইবু মকমসিদা থুনা কৌরকউ। ভামদ্রা ?......কনা পাওথুমনরক্তা—হে—হে—মথোক্তিগুম্বা শরৌ শিন্নজবা শাখিবোই—মথোক্তিগুম্বা ঐগী মিৎলৈ ম্রেংদুনা থোংদা কুপ্লগ', মকোক হাঙ্গশংচবা শাখি ? মিংশিংখো—য়েপ্লবা কন্না কন্না খোংনেংবদুনা থাংদোক্তনা অবাগী কোংমতোল ফুরাবু মাঙ্ক্রেপ্পা গরীবনেবাজ শিদ্রি হিংজি। মথোক্তি মৈতৈ পুথজি হাঙ্গরগু অবা তখেল খোম্নিংবা নৈবাক কন্নাগী মীনো খোমজরকখো থাংহাই অথুক্তদা লোঙ্গশনগে। কাঙ্গরসনু বাশক। ( চৎপদা তোলেনা থাংমা থংতুবা )

তোলেন। পাবুং! মফমসিদগী লেংথোকপিনু। মত্রবদি মপাগী মফমদা থোগলোল থত্রবা মচা অমনি হাঙৈনা লৈবাক্পা মচাবু থিমা ভাংনবতা নত্ত—পাবুংগী মিংচৎ মমেং তানি।

মিংথৌ। তোম্বা! ভাংথিবদি ভাংথে মতুংদা বা অমতং ভাংলকপদা মপাৱা মচাবু বারকপা—মংবু কমানা থিংথিরমি? হাঙৈরু— মপা মচাগী নুংশি মরি থদংনবা ওমগনি?

তোলেন। পাবুং! ইপা ইমা ইচিন ইনাও মরূপ মপাংগী ভৎনবা য়াত্রবা নুংশিবদি য়েরুবনি মি'লবগু লেংদনা লৈজরি। ইরৈবাক্তীদমক্তা তোকম থোকপা ইথৌ তোজবদা শিবা ভারবগু মাঙৈদি লৈজরমোঙৈ—

নিংথৌ। ওক্লে তোক্লে—অমুক শাংথমা ভাংলগু—নাকোংদা শিংজানা ফুরে। পুম্নমক্ক স্কেংদনা মংদি ঐনা হাঙৈবতা ইনগদবনি। ঐগী মাং থানা চৎলু—

তোলেন। মচা স্না য়াথং অচু ইনবা ওমজদ্রে পাবুং!

মিংথৌ। [তোলেনগী মথজাঙৈদা থুবাক্পা থাচুনা] লমহেনবা পেতবা! যাশক্পা পুনথিচুনা থুংনা প্রোক প্রোক থেক্পা থাংখ', কাবু য়েংচুনা থুরাগী উফুল কাওবা নুংশিত্তা তোংচুনা মিত্তা চংগে থোরাংলি? কৈ কৈ—নঙোন্দগী হৌনা শরীবনেৱাজ ইগুম থংহনগে।

[চংশিন্দুনা থাং শৎলগা মপা মচা থাং হাইনগে তৌরিরৈ। শ্যামশাই চংলক্কুনা]

শ্যাম। [ মপাগী মখোং কোম্না ] পাবুং। মচাবু ঙাকপিদি। ঝারকপিবা তারবস্নু মচা লৈজরি। স্না ম্নাথং তাকপিসি। ওক্ত-শিংদ পুম্নমক স্না তোম্বগী মন্নাল নত্তে মনাইগী ইরাম ঙাক্তনি।

নিংথৌ। স্ন'হল। হম্না হম্না ঐঙোন্দা অপনবা পিরম্নু।

শ্যাম। মনাই লৈজরি স্না ম্নাথংতা তাকপিম্নু। স্না পুক্নিং তপথবিম্নু।

নিংথৌ। অদুদি—চৎলু চিৎশাইবু মশম নখুদাংদা য়েৎনা ঐগী ইমাংদা চিংদকউ মতিক চাবা চৈয়াক পিগে।

শ্যাম। পাবুং! পাবুংতগী ওঈবিরম্বা জিৎ থম্মোঈতদা ইচানি থনবিবদগী হেম্না মপান খোক্না পাবুংতগীনি হাঈবিবা ম্নারয়োই। লৈবাকী ওঈরবা ইনাওনি। ঐনা পাবুংনা মুংশিদো হাঈদুনা ইনিং তমনা পুনিংবা মাঈকৈদা পুনা মতম নত্রে। সিগী মথক্তা—লৈবাক মমাংদা শ্যামশাইনা হাঈজখিবা অঙাওবগী চোইয়োন নত্তে, চিক্তনা ঙাংলগা থবক ওঈনা উৎচরোম্নদবা নত্তে। লৈবাক মরা তপ্না ইংনা পাম্নবগীদমক ফংকম খোক্রবা মৈতৈ নিংথৌগী স্না তাংবন মিহোদন', পুক্নি চুম্না কনাগীদবক হিংদোরি?— কনাগুম্বা অমতংনা মশাতগী য়েংনা লৈবাক কাঈনবা চৎপা উবদা—ইরৈবাকী, ইজাতিগীদমক শ্যামশাইগী খুত্তা চেৎনা পাঈবা থাংলেন ময়েক শেংনা উবা ফংবিগনি। পাবুং মচাবু য়েংবিদুনা নিংঙাঈদনা পোখাবিসি।

নিংথৌ। মং—স্থ—উ—ম—
ইদোম মামা তারবা ?
চিরবা মতমসিদা ঐনা নিংজবা পাংথোকপিমবা কমা উদা,
কমাস্থ লৈত্রবা ?
হুঁম—মীমা কংওমদ্রবা ইচানিপা শাই তরানিপামমা গরী-
বনেৱাজগী শাগৈদা থুংকরে, পাঙ্গম্রে খগ্রবম্বা য়েরা কলক
মমাংদা চাং তাদ্রুনা তোকপা তারবা ?—
ইস্—লাঈনা মোঈখিদা—খজিক্কদা মাংলেদো—ইশানা
শেমজবা, ইশানা থাজবা চাম, ইথুংনা শেমজবা ঙমদা
মাংহল্লেদো—শ্যাম !

শ্যাম। পাবুং !

নিংথৌ। ইপাগী ইবুংঙো ! ইপানা নিংজবা পুম্বা নথুজ্ঞা শিন্নরগা
ইরাই লাইনা কোকথোংনগনি খল্লম্বা, ইগানদ্রুম লোঈৰী
পনশানদ্রুনা কনা লাম্হোকপা ঙমদা, অহল ওঈরবা গরী-
বনেৱাজ মাংজবতা নত্তনা ময়া তপ্না ইংমা পাঞ্জবম্বা
সুংশিজরবা পোক্কম লমদম মকোক মরু পান্দা চাংয়েং
পুং ওঈনদ্রুনা ঈগী লোকসুং ওঈহৌরনিদো।—
মপা ওঈবগী চৈরাক বায়েন থৌরিতনা পুন্দুনা মচাশিংমা
অমত্তা ওঈবা শা, পুল্লপ লৈজরম্বা, মনিং মথা তমক্কা মহৈ
মহৈ অচাওবম কানিংবনা লুচিংনবা হোৎনবদা অমগা অমগা
মায়োক্কদ্রুনা মভুং ইনবা কয়া কয়াগা লোঈমনা ঈগী লোথোং
চেন্নগদবা পোইরৈ লমদম—

[ চিংশাই চংলকই ]

ওঃ লাইরেন বৈতিভু লাঙ্গনিংথৌ ! ময়া থোংলেংশমকিয়কসি-

চিং। [ মপাগী মরোং কোয়া ) পাবুং মচানু ঙাকপিয়ু। লাময়া কোঙ্গাঙ্গ য়েংবিদনা ময়া খুয়াখাদা চংজরিয়া তোয়বা মচানি ঙমরিয়ু। ময়া য়াখং পুথা কিপাও লানা য়াজরিবা মচানি।

মিংথৌ। উম—চংজরকপা লাঙ্গম-অনং কয়া কয়াগী মপু ওঙ্গদুনা চংজকম পিয়িবা গরীবনেওয়াজনা — কলক য়েংথি য়েংদা, ইশাগী চাগদবা শরুক লাইনা মীওোন্দা পিজবা ওমলবা মহৌশাগী থম্মোইদ—ইচাদ নত্তন মীপুম খুদিং চপ মায়না সুংশিজবা লেংদ লৈরি।

তাও চিং। মপায়া মচাদা হাঙ্গরি—নশাগী অকবা ওঙ্গম নবত্তা নত্তনা নংগী পোক্লকম লমদমবু য়েংত্তুনা—নহা অহল কমকম পরেং শিনওমদনা পামগদবা পুং—নহাকথকসিদগী থোক্লনবা মশামক্কা শিঞ্জহৌ। মখাংদা য়াম্লিবা—মীয়োল থংলকপদগী তমলক্লবা নহৈ পোকমিয়বা নচিন মনাও নপা নচাগী মকমদা শিজয়ত্তুনা পোক্লকম লমদম অঙাংবা ঙ্গগী কিজোয়া লৈতেংহনগনু। অয়োঙ্গবা ইপাগ্রী পুক্সিদা ইচাগী নিংবা থুংবা নবাহৈনা ইপাবু অমুক্কা পেলহল্লু। ( গোমতী চংলকতুনা )

গোমতী। লাঙ্গনিংথৌ। মচা ওঙ্গবু মপা ওঙ্গবগী নদংপা ওম্মযোঙ্গদবা উঙ্গমবা য়াখং থৌমিনা পুন্দুনা লৈথা তাথা চিংনিং চিংনিংবা মাঙ্গকৈদা পুন্দিনু। ইচাদা নত্তনা মপা

শব/বেরেংঙ

অমা মীক্মাঙলা মাই উংঙমদা মুরানবা পুন্সিদা মতোম লোমলনি।

নিংথৌ। শ্যাম! ইপাবু ইংবা বাইশংবা নৈমবা শিনবা ওম-মোইত্রা ইবুংঙো? ( কমুংদা কমথ্রে )

শ্যাম। ইমাসি নচা খোপল ফংজগে ওহাক লেংখোকপিগত্রা?

গোমতী। হঁা—হঁু—হঁা...

মতিক চাবা মচানি।

জিং! ইমাবু নিংবা থুংবা নৈমবা শিনবা ওমলমোইত্রা ইবুংঙো! ( চিং মরু লুক্লা থাংখি )

অম্রা মমা মশক খংদবা নংগী বাশক কাওত্রা? ঐগী ইমাংদা বাশকথিবা হুজিকমক পাংথোক্লেউ।

চিং। ইমা! মচাদা মতম পিবিয়ু।

গোমতী। মতম— চোম্থনবা মতম—গোমতীনা শাংথ মতমদা তাওদুনা মুংঙাঈ ইপাল লাংদুনা নৈনিংই থজবা শাত্রা?

শ্যাম। ইমাসি! মচাদা তাকপিয়ু নচানা পাংথোকচবা ওম-জগদবা ওঈরবদি হুজিকমক পাংখোকচগে।

গোমতী। শ্যাম! ইমাবু বা য়াম্না ঙাংবা থোরাংলকমু।

শ্যাম। ইমাসি! ইচিম ইনাওগী মুংশিনবা মখি থদংবা থোরাংবিমু।

গোমতী। মুপী ওঈবী ঐতমু বা ঙাংজনিংদ্রে নিপা মতিক চায়বা ইচানা বা ঙাংবা য়াম্না পামথ্রেদা?

মিংথৌ। ইপাগী ইবুংঙো। অতোপ্পা কাদা চৎসি লাও।

( চৎপদা স্না তোম্বনা থৎতুনা )

তোলেন। পাবুং! লেংশনবিতুনা মুংঙাঙ্গনা পোথাবিথো।

মিংথৌ। চৎখোকউ তোম্বা! ঐ চৎকে।

তোলেন। মচাগী থক্তা মেৎতুনা লৈংবিবা য়াবি পাবুং!

( মোমনা লৈথি )।

মিংথৌ। জিৎ! মংনা পাম্বা করি? ইপাগী ওক পামজ্রা হাঙ্গয়ু।

চিৎ। শ্যামগী মথোংদা তুংদুনা) য়াম্বুং পেনবিরে—করি বাৎ-পিরি? সিদগী হেনবা মনাওদগী করি পাম্বিরি?

শ্যাম। ইমাসি! সিবাঙ্গদা স্নম পেনবীরো। মথা তানা য়েংথবিয়মু—লেংবিরো।

গোমতী। চক্রবদি কমদোবা শ্যাম?

[ মিংথৌ হঞ্জনা কমুংদা লু লুক্না কমথি। তোম্বা লেপথি ]

শ্যাম। [ চিৎ কোনথৎতুনা ] ইয়াম্বগী ইবুংঙো! ইমাসিনা পাম্ব করিনো? ইনাওগী বাশক পাংথোকউ—হাঙ্গয়ুমে?

গোমতী। তাও শ্যাম মনাওগী বাশক "লাঙ্গমিংথৌনা মণিপুর স্না লৈবাক বাংগা লাম্না স্না খোংলেংবা, স্না থোপলনা শ্যাম-শাই"। বাশকপদা মত্তে লৈবাক অমগী মিংথৌগী স্না য়াথং লৈবাক ভাব য়াত্রবা।

শ্যাম। হুঁ—হুঁ—ইমাসি! চমিং তানা বাথম্ববিয়ু হাঙ্গদোকথ্রবা বা হঞ্জবা য়াদ্রে। লৈবাক হোয়কতুনা ইনাওগী কিথম চেক্লিরৈ—

পোমতী। হঁ—নৈবাক হঁা—হঁা—মীয়াম !

হৌজিক কাওবা হৌদা করিগী ভুমির নৈরি হায়রবগে ? থিমবু মিরে—য়াথং ইনবক্তনা যদৌ ওইরবশিং ! মিগা মিংকমত্তা চাঙ্গয়বশিং ! থওঙ্গনা পাওজেন্দুনা তাকপিরু। শ্যাম ! ইচাবা চপি মতু শে লবী যমাবা নৈবাক তোংত্তুনা কিহনবা কজে—য়াঙ্গকনিংঙাঙ্গনি ! অদুবু ইচাবা মরেবাকী অমদি মৈতৈশিংগীদমক্তা থি'লবা থোক্লবদি—য়য়াং গুরুনা মরিং চম, মৈতৈ পুম্বা মপুম্বা চুকুমত্তম পন্দুনা, মৈতৈগী ধর্ম্ম মাংহনবা। পুম্ব ণ মৈ থার, নমদুনা খুংজেং লোংখেং বাশকহনবা। লায়কম ওইরবা থাই কাওবা নৈগুং চন্দুনা মৈতৈগী অশেংবা ঈ চুপথোকখিবা। মিগী মথক্তা মরেবাক্তা নপতুনা হিংজরিবী মতু শোয়বীবু মপুরোইবা হাংতুনা লাক্লখিবা। মতম অদুদা নৈবাকা মমিং তাংলবয় মথোনা নৈব, পাঙ্গল, লোশিং চাওরবা ইচাগী স্বা পুত্তা চেংনা পাঙ্গবা থাংলেন উমস্লবদি, নৈবাক পুম্বা বতুং ইন—মৈতৈ চসি কাওবা মৈতৈ ওইরমগদবনিদো—

অদুবু হৌনশা লিচং হোংগমদা কংকম থোকপ মৈতৈ স্না জাংবল কংদনা মাংখিগদ্রা চিংখিবোইদো ? হৌজিক্তি ইচাগী থোয়াও তাবদা মৈতৈ থোংতেক মিয়াং হৌদুনা মতু শোয়বী পোমতীবু মাংহনবদা ঐনী লময়াং অতোং করিস্ন নৈ তে। পন্তরন্নু শ্যাম ! নৈবাক থোমজুবো—মতুংগী মীথোয়া লোশিং অইহৌবরা ইচা তরুকা লোঙ্গমনা

মতু শোন্নবী গোমতীগী ঊনা থম্বিৎ উইশিন্নিবা লৈবাক্কী মমাই চামখোকে।

শ্যাম। ( মপাগী মখোং কোন্না ) পাবুং! মচাগী শিন্না তাক-পিরো?

নিংথৌ। ইবুংঙো! মখাওশিংনা নিংথ' থুংজহৌরমনু। ইপাগা লোইননা মনিপুর থাংখা লান্না চৎখ্রস্মি।

শ্যাম। হাঁ মচানা স্না য়াথং কিপাও শানা য়াজরি।
[ ভোম্বা মমাদা য়েংই গোমতীনা ঊঙ্গৎ পি, নিংথৌ চৎলি ময়াম থুরমই শ্যাম মথা থুরমহুনা চৎলি ]

গোমতী। ইমাগী তোম্বা!

তোলেন। স্না য়াথং তাকপিসি।

গোমতী। মমাইশিংগা লোইননা মপাবুং মম্নামুংগী থোংগদ। মিকুপ অমা পন্থহনবা য়াদে!

তোলেন। স্না য়াথং। [ মমাগী মখোং শোক্লা থুরম্মগা চৎখ্রে ]

চিৎ। ইমা ইবেম্মা! মচাবুস্থ তমথিরবা ইথৌ অসিগী লাপ্না থম্বীরো!

গোমতী। করি? নমা ঐগী লমন শিংগে নিংলবদি মথবাক্ত পান্মুদনা "লমন থুবা" ( মচাগী মথ্বাংদগী থাং শৎতুনা ] নিংহন্নগদবা লৈরবদি থাং অসি পাইমু জিং! অপোকপী মমাগী এক অসি হুজিকমক মাদেম থক্ক, ত্রাহল্ল।

চিৎ। ( মমাগী মখোং কোন ) ইমা!

**Light off**

২শুবা থৌংপা

# "চিং লক্ষ্মী"

[ কৈরুংবা মাং থা চাওভগনা তুং থং থুনাই অথথম পাইদুনা কৈরু কৈরু য়েংনা পাকথদুনা চংলক্লগা— ]

চাওভগ। অওবা!

কৈরুং। ভুমিম নৈরুনে।

চাওভগ। কম্না কুইনা নৈথিসিগে?

কৈরুং। নং অসিদি মতা চাথিদ্রেদা ইবো!

চাওভগ। সিবাইদা ওহাক্তা নৈথিসি ঐ মাম্না হৈনমক্তে।

কৈরুং। কৈদৌরবগে?

চাওভগ। ঐথোইনা তৌরিসি কৈদৌরিবা হাইদুনো?

কৈরুং। লানচারিবা—য়েক্রবা য়েংলিবা—

চাওভগ। লাপ্পাত্রা হাইবু ঐথোইদুম শানা চাবা সোইদ্রে—

কৈরুং। নং সিদি চাওভগ! বা ওাংবা কত্তে হাইরগা বা পেথথ্রেদা। লাওনে— [ হায়দোনা চৎলি ]

চাওভগ। অওবা চৎলো ঐ হল্লগে।

কৈরুং। [ হয়া য়েং ] হা?

চাওভগ। ঐ মুম য়োথ্রগে—মতা মাম্না চাযোইদৌরি?

কৈরুং। কবি? কবি হাইবা?

চাওভগ। অওবা বা মথা ভাথনবনুসি ওবাং কাওবগী চাওভগ অদো ওসি সিনু মাসি হাইনা বাথমরমু।

কৈরুং । হাই—চাওভন ! অং ঝাসিদি কৈদা অমদিনা ?

চাওভন । মাসি অঙ্গা কৈরক্কী য়েক্লা খোয়পদবনি খল্লু ।

কৈরুং । কদোমদগী শাগৎলকইবা ঈবো ? লংকৈ, মীয়ম, য়েক্ল খোঙ্গুলশিরকপশিদা ? মা শাংখল্লু ইবো ? মথরাই মাংহুনা তোকচনি ।

চাওভন । ( কিশেমহুনা ) কৈ কদোগে চাং য়েংখোক্লরনা য়েক্লা পাম্মে । অঙবগী শিংচেপ ওইহুনা শিকল্লু শিং', শানা চাহুনা শিবল্লু শিবা ?

কৈরুং । নংবু লম্লাই ওক্লরক্রা ? হাঁ—হাঁ—

চাওভন । নোক্লগু—শিবা কিত্রনা চাওক্রগনি । অঙবনা ঐবু শোয়ো শোয়ো চিংইরনি চিংলেব—ঐহু থাদে হাঈনা খাংবনি । মিদগীদি শিদোকী খাংল্লেমকম য়োদোয়ে অসি কাওক্লদা বনিং থৃত্রি ?

কৈরুং । এঃ এঃ নং ঐবু য়াম্না থাদোয়েনা ?

চাওভন । ( পেহুনা ) থবাই য়াম্না থুংশি—মপা হাকথক সোঈয়ে—হৌবে শোঈব—মচা হাকথক্লা ভাঈরে— হেম থিনা শোই চিংগুং শা—কৈ মরক্লসিদা থুঙলাইম্লু য়াওদা থুজাঈশিনা মং থিরয়ে—

কৈরুং । হুঁ—হুঁ—মুংঙ্গাঈদা চাওবং !

ঐগী শিংলবা হৌশিংগী শুখ্রি মুথম খেহোংঙম লৈবিক্লা নংসে নোংমা শোঈদনা মরাইরক্তা স্না থম্বাল শিঙ্গহুনা মুম্লাঈনা শাং মহৈ য়াম্নি হাঈবসে ঐগী

চাওভনদা থংদেনে। মণী মন্নবা বাখন্না থন্নি "লান্দবু থুনাই পাঙবা কন্নিগুবা শ্যামশাই থুন্নাইলাকপা হাকথেংনবা থোক্লবদি মং—ঐ থাং পাঙনা মনাংদা লেপচবা গুমখিশা। তান য়েংজুনা মতোন্দা থক চংজুনা লপলপ, ম্নাইবী মাং-লমবা থোরাং, ঐগী ভান্নবা বাখল—শিগ্রপা লোঈরে শিবু শিগ্রব'দ নোংমা নক্রে নোংমা—পঙগুনে চাওভন হন্দকী তাংকমসিদা লিংলবদি হমখিবদা মংগী ফম অমদি লৈবাক্তা থুডুমনা থাবিনি।

চাওভন। মচুম্নু কমন্ন লাল্লি হাঙ'নি ফজন্নি—শাওগমদেনে ঐম্ন—                    [ কৈক্লংবা পোংনা বা চাওনা ]

কৈক্লং। সিগী মথক্তা—পাক্লকন লমদম ইরৈবাকী, ইজাতীগী থব.জ পাম্মুদা থুাঙগী মাং থা শিবা ওম্নব হোৎনপবদনি।

চাও ] । মচুমদি হাইন্নু অঙপা—লৈবাকী, জাতীগী ঐগুবা
কম্না ] ভুমিৎ অমা শিবন। কৈ কাননি। অঙবদি শিবা ম্নারে, ঐতোন্দ লাওডুনা অমুক তাক'পিনমত্রবন্ন ভুমিন্না শিবিখ্রে। ইপু ইনাই শিত্রি কাও তিম'স হাঙৈম্নপা—"লিনম্ন শিনবা চেগুম্ন তেক্তনব."—মীম্নামন্ন শমজি থাইনা খিনখি—ঐথোঙপা থেংনম্নক্তবা ম্নাদে হাইবন্ন লৈতে। নুমিৎ তাবা কাও নুংগাইরে মথৈ লৈথোক্লপা—"থেংনত্রে" হঙৎলুম্নপা লোঙরে।

বৈরুং। রায়া মশ্রুপনে, নং মুন্সী বৈদাহের—তোজন তোক্রসি,
মা মাগী মশক্রুনি—মংথা হাইচুমা জাবে। জহাক
পোথাবরা মকম মেংটি।

চাওভগ। মিবাইসিদা হেক করে।

[ আলি ফমবে ]

***Light off***

। খোংঙ্গ, মৌবা—কম্লিদা,
লিংখি, কজন—তুকচৈ,
কুংশি, পাম্না—খাজৈদা,
খুম্না মেংবা মচাহৈনা—হু,
নুপীনা নিপাগী মাংনবা মরু!

ইহাকথকসিদা মৈতৈ স্না পুন্নাদা মুংপা য়াত্রবা মরেক্ত তরু তক লৈহৌবদা মতা লিংখোয়েন ওইপদবা য়েক্লবা কয়া লাইনা মাংহনবা ওর্বা, মীথোই মীহেনবা ইচা কাওবা মখা পোক্লবা অঙাংগী লেপ্পা তাংহুনা মীনাইশিংগী হেয়া তোপ, চংজকম লৈতে, কনা হয়া য়েংবা উদা লিংখি তুরেন মপালসিদা চাখিংওই লৈতনা মতম লেপ্লিদকে— অঃ— অওকপা মতম মলী বোংনৈ—

(শ্যামশাই অথোংপা ফিজোম্বা খাং য়াম হৈখি পুনা চংলকই— )

ইবুঙো! ইপাগী মাঙ্গগী চংখোক্নু হাঙৈনবা কদাঙ্গৈ চংলুই?

শ্যাম। মনাই ঐ—পাবুংবা লাঙ্গোলগী হৈখি হারিবিনিংই শোমবীব—ওহাক স্না খোংগন থাদোক্চবা হেকচক্লয়ে।

(নিংথৌগী মাংদা হৈ থমই।)

নিংথৌ। (ওক্রা) লাঙ্গোলদগী অস্তুক খুনা?

শ্যাম। শুক্রবাচিংব খোংগন লৈহৌবা নবাইশিং কংনামত উর্দবু—

নিংথৌ। বামোন য়ায়ৈলিবা হঞ্জবা মপা মচা, মোইরাং লল-হাম্ব, কত্রান কৈদা হঞ্জবা মপাও শেলুংবনে মথোঙ্গৈনা

হায়রা চান থরুম্বা খিবা চৎখিবা কল্লকপা কোবা লৈত্রে ইপানা অঙোম চন্দ্রমনি মচিন মনাও, নিংথৌখোংজম কামদেব, নিংঙোম্বম শ্যামরায়, কৈদাথঙ্গবা, লাইরেঙ্গাম্বানে অসি খিবক্লা মপোঙ্গী থেংনুন লিরুবা চৎহনবিবদা ঙ ঈরি।

গুরুদেবস্ম মখোঙ্গী তুংইনখ্রি।

শ্যাম। অদুদি মনাই ঐস্থ স্ন থৌগল ওহাক্তা থাগোকচগে?

নিংথৌ। কদাঙ্গদা চত্তৌরিবা ইবুংঙো?

শ্যাম। মনাইশিংনা চৎখিবা কুইমনখ্রে। অরাশিং অসে হায়গী মত্তৌগুম্দ্রে। মতম্না থেংজল্লকপনে—করিগু। থুদোং খিবা থোক্লমন্নবদি থুম্রক য়োবা চংজত্তনা চেং থম্ম য়াম্না কংনবা খিজকোরুগে। উহে থম্নসি বাবীরগী ওহাক্তা পোথা-বীরমউ। মনাই চৎচরুখিগে।

( থুরম্মগী চৎখ্রে )

নিংথৌ। হাঁ—কনা লৈত্তা, কন উদা, অরাৎপদনা হেক্লগদব—মকম কদাঙ্গদগী খিরদৌরি? হুঁ—হুঁ—লৈত্তাংপাও তবা উয়োক অঙোবনা মখোংনা মচিঙ্গ ক খিত্তন মপুক থরে। ওাগু থেরে চিনপাকপীনা মসিন মচিঙ্গাক খিত্তনা মপুক থরে। তাঙবং মীদি ঐনা ঐনা তোঙ্গবগী মহৈত্তনা থোয়ুম লাইগী লোংদম? হুঁ—হাঁ—হুঁ—ঐন তৌজবা থবকী লীংগ—উম—লাঙ্গাক থেল্লাই মুংনা, পুক্নং শেংনা, থাঙ্গদগী হেম্বা হাওবনি হাঙ্গম ঐনা (হৈ পাঙ্গহুনা) হৈ অসি লোক্লা লোক্লা চাত্তনা লেনগনি হাঁ—হাঁ—হাঁ—

( হৈ থোকতুনা চাগে হেক তোবদা )

# লাইরেম্মাগী

ইশৈং:—

মিতা থমদা চখোমমে
থবাঈ পেরা চাহোরো
হাদ নমু পোংওঈবা!
নিংথৌবা মপান ফরিবৈঙ
পলেম ওঈনা মাওয়োকপী
নিংথৌবা মযাঈ চাঈবদা
য়োইন ওঈনা থোপনগে!!

নিংথৌ। (হৈ চাদ মথুংনা পাঈনা লেপথত্তুনা য়েংলগা)
ইমা নংবু কনানো? চংঙকউ লাও—

লাইরেম্মা। (চংলক্কুনা) মৈতিঙু নিংথৌরেন অথোঈবা!
ইমা মিঙ্গৌনফদে ঐগী চেংলৌ থংজ্রব্রা?

নিংথৌ। কনানো?

লাইরেম্মা। তাও নিংথৌরেন! মমাংদৈ মৈতিঙু হোংনেম য়োইথুঙ্গাওনা য়েরুবনা ভমদা লৈবা মাত্রিভুনা লোইবী চিংদা চেন্দুনা চিংবুরোই চমু ওঈবীগী মরুম থুপনা লোত্তুনা লৈরিবৈঙে, চিংদা তোংবা হাওমামমস্থ থংলক্কুনা মৈতৈ নিংথৌ মাইবী লোপে থৌমাংলক্কুনা শিবা তারবদা—

চন্নু মরোশিংনা মুং থম্না কজিদা য়োমলপা থকুংদা ফুত্নুন— হাওশিংদা—"পান থম্না ফুৎলিবসি মুনবা কাওবদং ঙাঈবীমু" —হাঈজনদা খারডুনা হাওশিংনা চৈন খিন্দুনা য়েংবদা মুনবা কোবা লৈত্রে তাঙ্গাসদা চন্নুনা হাওম্নামশিংদা মু পিথক্কুনা ঙাওহল্লপা তুমলিচৈভদা নিংথৌ য়াইবী কম্না শরি নামুংনা হনখ্রেদো। চহি কুমজা কম্নাগী তুং মরৈবাক হঙ্গুল্লে তাড়ুনা হাঈনখিবা তুংইম্না নিংশংনবা ফুংখিবা মুং পুনা নিংথৌ মনাক্তা লাকপা মতমদা—কংলাদা শিংথৌদি থুমনচন্নু কৈরুংহনবীগা মুংঙাঈনা লৈরম্মে। চৌংবুমোই চন্নু উবদা নিংথৌনা—"ইমা! নংদি ঐবু কনবীরক্লবা পনেমনি য়েংথংবা কৈফদা ফমনো লাও নিংথৌ ওঈবগী মৈনা ইমা নংবু কাওরুরে"।—তাদোঈ ওঈবীবু ইমাকৌ-নিংবা কাঈরবী চন্নুনা পুরকপা মুং বাকম পম্মোংদা হৈদোক্লা শরি ঙাক্লা "বারবা মতম শিরমদাঈদদা ঐ সে.ঈদন্না লাক্কনি মডুদা মতম স্নুরে থংনসি" হাঈরমনা চংনা মোঙ্গাবৈ, নিংথৌনা "মুমজাও লাইরেম্মা" হাঈনা থুবম য়াখিবী, নোংমাই চিংদগী কুম্নকই হাঈডুনা নোংমাই .পতঙা মিংথৈবী (শৈশক্লনা লোইডুনা)—

নিংথৌরেন থুদিং শেমবী
শরি নামুং নম্রবা
পৌত্থু মুংনা বারেপ:ন।

মিংস্না থম্বালখি চানসি
খাইবী থবাঙ্গৈ তিনসি
নমু তাঙ্গবংলেন থারসি !!
লাওনা লাওনা ইনিংথৌ
কংথৈ মৈতৈ লৈমখি
তাওজিং হৈরাং চংসি !!

( নিংথৌ কিনা হংম্দাকই লাইরেম্মনা চংশিন্দুনা চেংবা চারম কেমখি। )

**_Light off_**

৪ শুবা উৎপা

# "চিং লক্ষ্মী"

[ চাওভল মখুকউদা মখুৎ পুন্দুমা মকোক ঙানা ভুমজুনা লৈ।]

কৈরুংবা। মংবু চানমা ভুম্নবরা মহে? —মসিদি— চাওভল! হোৗগৎলো চৎসিনে—

শান্তদাস। (মমুংদা) রাম রাম রাম রাম

কৈরুংবা। কনানো অমা লাক্লেহে—

চাওভল। (ফুক হোৗগন্তুনা) হা—কদোমদনো? চেল্লসি—

শান্তদাস। (রাম শোন্না কন্না চেনশল্লক্নগা খংলেপ লেপ্তুনা) মখোঈ কনা কনানো?

কৈরুংবা। গুরুদি কদোমদগী লেংঙবীরকইবা? (খুরুম্মি— চাওভলসু খুরুম্মি)

শান্ত। (ওক্তুনা) জয় জয়, জয়! মখোঈ কনাগী মীনো?

কৈরুংবা। মনাই ঐখোঈ মিংথোগী মনাইমি!

শান্ত। অতুদি চেনসি—ঐখোই শিবা তাবে। শক্রুম শাইনী লাম্মীনা মহারাজগা লোঈনয়কপা পুন্নমক হাৎলে ঐ লোম্না চেল্লক্তুনা—

কৈরুংবা। কিবীসু কিবীগু গুরুবুদি কমিগী হাৎকমি? বানা

চেলবীরক্লেদা— ( মকীন্না য়িবা খাহুন্না ) সোমদা লেংশন-বীগী ওহাক পোখৎরগা লেংলসি।

শান্ত। ঐবুদি হাৎলোঈরা ? মহারাজবুদি থিখ্রিইস—রাম রাম রাম—

[ কমথরকপদা কৈরুংবনা খুজাইনা মকোক্তা শুই।]

ওঃ—রাম রাম

[ মকোক ভাওদুনা লৈনা তুহুনা ঈনা পুমতাং ভাংনা লৈমাঙ্গদা ওগ্না থাংই।]

চাওভল। ( য়েংদুনা ) আঃ সুমিৎ শুরবোঈদো—

কৈরুংবা। চাওভল কৈদৌহ্নি ? হাই মীথিবোং।

চাওভল। ঐবু কৈদোজো হাঈবগে ?

কৈরুংবা। থুনা লোঈশল্লবা, মংসু য়াওনা খুজল্লোমে।

[ চাওভল য়াওনা খুজাঈনা সুহুন্না শান্তদাস রাম শোল্লা লানখ্রে। ]

কৈরুং। তস্—( খুজাই থমদুনা মথুবাক অনি কপ্পোক্তুনা ) লোঈশল্লেদো—মৈতৈ ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা ঐনা লমন-খুমলে—

চাওভল। কমিগীমো অঙবা ! পেংবাই হাৎলিবদে ?

কৈরুং। মৈতৈ ঐখোঈগী য়েরুবা মরুদি থাবিনদে, মানা নিংথৌবু শুমদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা মানা হি মাই শাদুনা হা য়াবান্দি ধর্ম্মনি হাইদুনা মৈতৈ লৈবাক মাংনবা শিল্লম্মা। লাও লোকমুং অসিদা ইল্লসি—

( ইম্ফগী ভোরিগুং )

শ্যাম। ( মনুংদা থাপ্না ) গুরুদেব! কদোমদা লৈবীবগে? মনাই শ্যামশাই লাকচরে চেনবীরমো।

কৈরুংবা। কদোমদনো?

চাওভল। ( মাইকৈ ওয়না ) শোমদনি।

কৈরুং। অদোমত্রনহে? মথবাই হিংনবা; চেয়্রো মজা ইবুংঙো অহল শ্যামশাইনা উথুবদি ঐখোঈ শিবা লোঈদ্রে।

চাওভল। কদোমদনোনে চেন্দোসিবো?

[ শ্যামশাই লাকপা মাইকৈদা কয়া চেনশল্লি। কৈরুংবা চেনখ্রে। ]

শ্যাম। (মনুংদা নক্না ) গুরুদেব? মনাই শ্যামশাইনা কৌজবা ভাবীদ্রব্রা?

চাওভল। ইমাইপেমা— ( থংলেপ লেপ্না হন্দুনা )
অওহ্না! —হাইস— (হয়া য়েংনকপ্তুনা )
শিরেদনা ঐদে—হা— ( কিবনা মশানিক্তুনা মকোক্তা মথুৎ পাঙ্গনা মক্ষম থংদনা ওহাক লেপ্লয়গা কৈরুংবনা চেনখিবা মাইকৈদা হাঙ্গয়ংননা চেনখ্রে। )

শ্যাম। ( মথুক্তা থাংশাং পাঙ্গনা চেনশল্লক্তুনা শিরবা শান্ত-দাসবু উবদা—
হাই—মাংলেদনা সিদে—য়েক্লবনা পল্লোম শামা কোঙ্গ-রবোই? ( শান্তদাসবু পাঙ্গনা য়েংদুনা ) গুরুদেব! কয়িনো ওসিগী মতৌ অসিদে? লাই য়াওরেনা—পাবুংগী

মাক্তা পুন্নপ লৈহৌবা মী পুন্নমক মচোই মচোই চথোক্লদুনা য়েক্লবগী মথুন্তা লোক্কীনা শিন্নবা? হুম— গুরুদেব চন্নন্দা চংজন্নি লাইবকথিববু ঙাকপিন্ন। মনাই খোগদা কংজন্নখিগে। মনাই তম্না চৎচদবা ম্রাঙ্গ্রে।— (হৌগত্তুনা) হে লাইবক ফরবী লমদম! মীথোই মীহেল্লবা শান্তদাস গোষাইনা মোঙ্গাকম লোক! ঙসিদগী সুমিৎ থানা মুক্তিবা মথৈ—"গোষাই লোক" হাঙ্কীনা মিঙ্গোনহৌরসনু। জয় শ্রীরাম।

( কম্না চেনশনখ্রে )

***Light off***

## ৫ শুবা উৎপা

# "নিংথি ভুরেল মপান"

# "ভূগী শং"

( খৃষ্টাব্দ ১৭৫২ দা )

[ গরীবনেবাজ থজিন্দ তানা লেং "ওঃ" হাঙনা ঙনা পুমঙোং ভাংনা বাম্ভখ্রে।

শ্যামশাই মথুক্তা চেৎনা থাংশাং পাই, তোলেন স্নাবু মশম পাঙনা চিংশল্লক্লুনা— ]

শ্যাম। মীচোপ! অয়ম্বা!

মৈতৈ ঙ শেংদবা!

নিপামচা থোক্না

মাখোক্লবা লাম্ফমদা লেপ্লম্লবদি

থংগদবনিদো?

তোলেন। য়াম্বুং ননাই—

শ্যাম। ভুমিন লৈম্ল—ঐ নং করি থোক্লহুনা য়াম্বুং।

শাদগী হেম্না তোল্লগা নংবু ইনাও?

হঁা—হঁা—নচিন্দুনা কৌঙন্মি?

নমাই অদু তাঙবংসিদা উৎঙমখিদ্রা?

নতিক থোক্লুনা শ্যামশাইবু হান্না মাংহনবা ঙমজরম্মবদি,

নয়াঙবক ফরমগদবনি?

অহল ওঙবা লাইনিংথৌনা মখোঙগী মাংনবা করি

তৌরদুনা ? হাইয়ু মথবাঈগা হকচাংগা থাইনত্রিবৈদা হাঈনিংবা থুনা হাঈজহোয়ো ?—

করিগী তুমিন লৈরি ?

নংগী থৌনা পাঙল উৎচয়ো, নংগী মী পুম্বা কৌজয়ো।

[ ইন্থোক্তুনা তোলেন কিনা মথুৎ লোম্বনা লৈ। ]

[ কপ্পা ] লাইনিংথৌ ! মোংমদোন লাইরৈবাক্কী স্না মিৎয়েং তাবিয়কউ শাগৈগী ঈ কত্তুনা লাইবক থিরবা নচানা লমন থুম্বা হৌজরগে।

নিংথৌ। ওঃ — [ তপ্ন তপ্ন কোক কাংথৎলকই। ]

শ্যাম। [ থাং থাদদুনা কোংথৎনা ]

লাইনিংথৌ !

তোলেন। [ চংশনবা ওমদা থুরমদুনা ]

পাবুং ! লাইবকথিরবা নচাবু ওাকপিয়ু।

নিংথৌ। ইবুংঙো ! কনানো ?

শ্যাম। ননাই স্না তোম্বনি পাবুং ! ময়ানগী মতিকচাবা লাইনিংথৌ স্না মাংদা মথবাই লোনা বায়কচরগে স্না য়াথং পিবিয়ো।

নিংথৌ। ওঃ— শক্রঘ্নশাই !

শ্যাম। পাবুং !

নিংথৌ। হাঁ—মুংঙাইদা—

স্না তোম্বা !

তোলেন। পা—বুং !

থিংথো। নথরাই হিংনিংলবদি
নখোইবু ঙাকপিয়ক্লরা
নয়াম্বুং খুয়া থাদা চংজোহে।

শ্যাম। লাইনিংথৌ! স্না য়াথং তাকপিবা—হন্দক্তদি নচাবু ঙাকপিয়ু লমন তোল্লবা নচানি। লাইনিংথৌ লমনশিংজগে স্না চয়নদা চংজরি?

নিংথৌ। ইবুংঙো? ইচাদি মপাগী লমন তোনদ্রে—মপা ওঈবা ঐমচুম ইচাগী লমন তোল্লম্মে। পুন্সি তেনবনা ইচাগী লমনশিংবচুম ইপানা ঙম্লমদ্রে।
স্নাহল! ইপাগী লাইবক চাওবা! লাইবক থিয়বা ইপাদি—পাবুং চয়াইরোংবগী লেংষদ্রবা স্না য়াথং—"নং নচাগী মথুঙ্গা থবাই থাবা ওঈয়ু"—তাকপিয়ম্বা মতুং ইন্না মতম শুরচুন', মতম চানা মথৌ থংলবা ননাওনা ইপাবু থিয়কপনি।—
ইবুংঙো! ঙাকপিয়কপগী ঙাকপিয়কপা ননাওশিংনা নিংজবা থুংজয়সনু।
ননাওশিংবু ঙাকপিয়ু।
ইপাগী ইবুংঙো!
শ্রীরামজী প্রভুগী নামচুম শোল্লু
রা—ম—প্রভু!—

[নোঙ্গাখ্রে]

শ্যাম। পাবুং! [নিংথৌবু চেৎনা কোল্লি]

তোলেন। পাবুং।

[ লৈবাক্তা মথুৎ লৈমা থাংখি। ]

শ্যাম। ইবুংঙো! লাইবক ফবা ইনাওনি।

লাও পাবুংগী স্না থোগল তোয়ো। লাইবকথিরবা নয়াস্বা লৈবনা চংনিদ্রব্রা ইনাওবে? লাও ইয়াম্বা চৎথোক্কে।

[ চৎথোকই তোলেন শ্যামগী মথোং কোন্দুনা। ]

তোলেন। য়াম্মু ননাওবু ইয়ানগী মতিক চাবা চৈমাক পিবিয়ো।

শ্যাম। হোৗগৎলু ইবুংঙো! ইনাওগী ময়াল লৈত্রে। ঙাকপিবা ঙম্বনা ঙাকপিয়স্মু।

সে—ইনাওদা হাঈজরি—

তোলেন। য়াম্মুং!

শ্যাম। নয়াম্বনি খন্দুনা মুংশিবিয়ু।

পাবুংগী স্না হকচাংদা খাল্লবা "তা" শৎলো—নয়াম্বগী থাজন্দ অমুকা লেংউ।

তোলেন। য়াম্মুং।

শ্যাম। ইবুংঙো! মনাওদি ময়াম্বনা হাঈবা চিংনদনা ইনগদবনি। এনা থিনা ঙাংখিবা পুম্বা বায়োম্মু পুম্নমক কাওংখ্রা। হাঈশয়বনি খল্লমু — করেম্নবনিম্মু নিংঙমু। লাইবক থিবা নয়াম্বনা নিংজবসিদদি ইবুংঙো নংনা থুংহনবিয়ম্মু।

তোলেন। য়াম্মুং? অফবম্মু — ফত্তবম্মু খংজদ্রবা ননাওনি। অয়ানবা পুম্বা য়েংবিদনা য়াম্মুংনা ইপা ইমা শক্ক বায়ক বাতেম্বিয়সি—স্না কোম্মুংদা লেংলসি য়াম্মুং।

শ্যাম। হঁা—ইবুংঙো! ইয়াম্বনা হাঙ্গৈরিবা পুক্লিং বারৌরে
থমবরা ? —
অপাম্বা—সুংশিবনা থুডুম চলহল্লয়োই, পাবুংগী বাশক ঙাক্তুনা স্না য়াথং ইঙ্গবনা শ্যামশাইগী ইথৌ সোঙ্গৈকদ্রবনি খঙ্গরম্বা, লাইনিংথৌবা নোঙ্গাখুবা ভুংসিদা— মীওঙ্গৈনা পোকপা মপোকনিনা, পুক্লিং লাকশনবা ঙমলক্তবদি, ঐতা মাংজবা নত্তুনা লাইওইরবা লাইনিংথৌ চেম্বা থোক্ল-কপস্ত য়াই। সুম মওঙ্গৈরনি হাঙ্গৈবা ঙমদ্রবা তাঙ্গৈবংনি। হুঁজক ফাওব'দ হাঙ্গৈবা ঙমই হুরেনগীদি কনানা থংনি। নয়াম্দনা লাইরব্রেন তানবদা, লাইবক ফবা ইনাওনা নয়'ম্বু নোক্লা নোক্লা থাদোক্লো।

তোলেন। য়াম্মুং! ননাওবু লৈকম থংজদ্রে? ননাইবু হয়া হয়া ইরান হাপচনবীরস্ত। স্না খুয়া খাদা চংজরিবা ননাওনি। লেংলাসিগবা য়াম্মুং।

[ শ্যামগী মখোং কোন্দুনা কপখি ]

শ্যাম। ইবুঙো! ইয়াংবু বারৌগস্তু হল্লে:— [ চিংখৎপিদুনা ]
সে—রা হাঙ্গৈগে।
য়াইফরবী ইমাসি মহারানী!
ঐবু পোকপী মরাইবকথিরবী ইমা!
ইচিন ইনাও পুম্নমক ১দি ঐনা পোকচবা গৌরশ্যাম, ভাগ্যচন্দ্র, কৃষ্ণচন্দ্র, ভবানন্দনচিংবা ইচাশিং, লৈবাক মীয়াম পুম্নমক্তা শ্যামশাইনা লমদম তাম্নবা মীরমদগী পোক্লকম লমদম

ওপ্পত্নুনা চিংনা য়েংজনা মিৎতা ইরা চেন্দুনা পুন্সিগী কাইনা য়াথং লৌজয়কই হাইনা তন্নীরু। লাম্নবা কোঙ্গাই য়েংনদনা পোক্লকন লমদমবু ইংনা নরা তপ্না মুংঙাই য়াইক পান্নবা শ্রীরামজী প্রভূগী শ্রীচরন্দ চংজসি। মপ্পান্নদি পাবুংগী বাশক ঙাওনা স্না য়াথং হিক্তোকচদনবা নিংথি ভুরেন্দ থবাই মঙা কৎচখ্রগে।

জয় শ্রীরাম।

তোলেন। য়াম্মুং।

[ তোলেন্না থাম্বা নংহোদা নিংথি ভুরেন্দ শ্যামশাই চোংথখ্রে। ]

***Light off***

৬ শুবা উৎপা

## "স্না কোন্নুং"

লাইথুং পক্লবী গোমতী মিংথিবা য়ুথন মন্নুংদ হিপ্পুনা লৈ।

থাং তা পাঙ্গবনা ভাক্লি।

চিৎশাই চংলক্লগা লেপ্পুনা লৈ।

খোগল। (খুরম্না) লেংসনবীগদ্রা ইনিংথৌ?

গোমতী। কনানো?

চিৎশাই। মনাই ঐনি—

গোমতী। জিৎ!

চিৎ । ইমাসি।

গোমতী। স্নাহল মুরারি শাইনা নিংথৌ শেম্বা অভহাশিংগা লোতুনদুনা ইচাগী মথক্তা লাল হোরকই হাঙ্গবদি কম-দোয়ে ইবুংঙো?

চিৎ। ভরতশাইগা লোইননা সেনাপতি গদাধরশাইগা, চুমতা—নচানা থিংননবা থাজবদা, য়াম্মুংগী পুন্সি তেল্লক-মাল্লে, অবাং লোকচাওদা ফংথয়ে হাঙ্গনা মনাইশিংনা পাওদম্মরে ইমা!

গোমতী। স্নাহল শাই লোকচাওদা মপুন্সি লোমখ্রে? হাঁ—ভসিদগী—লমদমদো ,"<u>স্নাহল লোকচাও</u>" হাঙ্গনা মুমিৎ থাম্না লেংদনা নৈরিবা মথৈ খংনদুনা, গোমতীগী লমম

খুম্বা পুন্সিগী শরুক খরদা ওইরবস্মু মীওইবগী থম্মোইদা নিংশিং মমি তাহোরসনু।

তোম্বেন। [ থুনা চংলক্লুনা চিংকি মথোং কোম্বা ] লাই-নিংথৌ! পন্থবিরম্নু কম্বি য়েংদুনা মুংঙাইবিরি? মথৌ খুংলব, মমাগী য়্মাথং ছোক্লব মনাওনা পাবুং নুংশিবিবগা লোইননা হাংলুবগী—

চিং। কম্বি য়্মাতোম্ব ?

তোম্বেন। খুঁজন পোম্বাং পুম্ব লাইনিংথৌননি হাইন—পাবুংগী লমন খুমগে হায়বগীদমক, হ মুং ভরতশাইনা লৈবাক খোম্বা লেংখ্রে

গোম্ভী। [ য়ুপন ভাইদোক্পা মথবাই মুংঙাইনা খোরক্লুনা ] ইমাগী ইবুংঙো তোম্ব! ইচা লাক্লে। ময়েক চুম্বা পাওদাদুনা ইমাগী চক্লবা থবাই ইংবম্লে।

তোম্বেন। (কপ্পা) ইম! ইমা ইবেম্ম! পেনাবিরে—ইমাগী য়্মা য়্মাপং মতুং ইন্না নুংশি হৈত্রবা মচানা অবাগী তোম্ফাংবা-পাপেল নিংথি তুরেল মপান্দা খুংস্ত্র তারেম্না পাবুংগী য়্মাইবী লোক্তরে।

চিং। পাবুং! ( চেনশনখ্রে )

তোম্বেন। অপোকপী ইমা! সিদন্তু নক্তে মৈতৈ নিংথৌ খুবম ফংফম খোক্লবা মচানিপা অহল শ্যামশাই নিংথ তুরেন্দ চোংপদুনা পাবুংগী খোগল ইনখ্রে। য়্মা পুক্লিং রাইশংনা খুয়া তুশিৎনা পানবীবো ইমা!

গোমতী। হঁা—হঁা—হঁা—

( মীপুম থুদিংগী নুংশি তেংথা লাওঙ্গ খোঙ্গেন্না অতিঙা নিল্লবস্থু লমন থুম্ব পুন্সিগী মপুং ফারবা গোমতীগী থম্মোইদা নুংশি মখি তানিংঙাঙ্গ মফম মচেৎ অমত্তা হাংদ্রে। ইমাগী ইবুংঙো ইমাগী নিংব থুংলে ) ইচাদি পলেমগী খোল্লাং লমন কোকপা ওঙ্গজরো ইবুংঙো! মচা ওঙ্গবা লখোঙ্গীদি—

"মালেম লৈনা লুম্বরা
পলেম নমাবা মরূম্মে"।

অঙম্বা অমা। জয় মৈদিঙু ভরতশাইগী

মীয়াম। জয়

গোমতী। মৈদিঙু ভরতশাই! হঁা—

ময়াম্বুগী মথক্তা?
মমা অমত্তনা পোকপা
মচিন মনাওগী মকমদ?
মমা ঐ লৈবা লৈনা?
চৎলু সু তোম্ব!
ভরতশাইবু ঐনা মকমসিদা
লাক্কবা য়াদে হাঙ্গরু।

( য়ুথন হাঙ্গজন্দুনা চংখ্রে। সু তোম্বা চৎখ্রে )

কৈরুংবা। [ ফিংনা লোল্লপা ]

হাই চাওভল! কিরু কিরু কৈদৌরি লাও নত্তে।

( চাওভল মোল্লি চংলকতুনা )

চাও। কমদৌসিগে কৈরুংবা ?

কৈরুংবা। মতম লৈত্রে—

মঙক্লা মকি য়েং

ময়াদা নাপী চিক

ইবেম্মগী স্না থুয়াদা'

কোংয়াং ঝাশাং তাবগুম

চংজহৌরো—।

চাও। অঙমদি ?

কৈরুংবা। ঐগী মথৌ লৈতে, ভুরোমে।

(চাওভন মঙক্লা কি য়েং, নাপী ময়াদা চিকনা শাংনা থুমমডুনা লৈ।)

কৈরুংবা। (মঙক্লা কি য়েংনা)

ইবেম্মা !

স্না থুয়া থাদা

মনাই তোঙবা ঐখোঙীনা,

ইঙক্লা কি য়েং,

ইয়া নাপী চিক

কোংয়াং ঝাশাং তাবগুম

চংজহিয়ে। (থুমমই)

[ গোমতী থোরকতুনা ]

গোমতী। কনা কনানো ?

কৈরুংবা। (খুং লোয়না) মনাই তোঙবা ঐখোঙীনি।

গোমতী। করি হাঈনিংই ?

কৈরুংবা। ননাই ঐখোঈ হন্দক মনাও ইবুংঙোনা কবো লেংদম্ব-
ম্ন খোগল ফংজনা ইরৌশিং ইখোনানা থবাঈ পাম্মুদা
খোরম পুম্বা পাংখোকচরক্লে।

ননাই ঐনা ইখুৎমক্বা মৈতৈ লৈবাকপু মাংহল্লম্বা মন্নাং
সিলেট মচা গুরু শান্তদাস গোষাইবুম্ন কবো লোকনুংদা
থুজাঈতনা ননাই ঐনা মকোক তোঈনা থুগাঈদুনা
লোঈশঙ্খরম্মে। ইবেম্মগীদমক রাজরক্লবা ননাইবু—
চানবিহৈবী খোজান্না—

চাওভল। ননাই ঐনা অম্নাম্বা রাজবনি অঙম্বদি চুন্না ম্নাওবতনি
ইবেম্ম !

গোমতী। থংলে—নখোঈনা পাম্বা করিনো ?

চাওভল। ননাই ঐ ফমগীদমক্তা থবাঈ ম্নোম্নবনি—

গোমতী। কৈরুংবদি ঐগী ইকমদগী করি পামই ?

কৈরুংবা। ইবেম্মনা চানবিরকপগী চানবিরকপা—হাঁ—ননাইবু
ফমথোন ফংহনবিরে। ইবেম্মা।

গোমতী। চুমই—নখোঈ মনা ফংবদা মতিক চাববনি। নমা-
নিগী মতিক চাবা গোমতীনা মতুংগী মীরোম্না থংজহোনবা
হুজিকমক পিগনি। (ইমুং চংখ্রে)

কৈরুংবা। কমদোই চাওভল! ঐগুম্বনা হাঈবা লেংফম্রবা
লোঈকম্রবা ম্নারামে—

চাওভন। থোৌজালনি অঙম্বা! মরুপ তিম্নবা অকবা থন্দুনা ভিম্নৌ—ইহাকথক্রা থুদম্নম্ননি।

( নিপাশিংনা খাও অনি পুদুখা থোয়ক্লগা— )

১বা। ( খাও মচিন ফন্দোকতুনা ) লাকও চংঙরে।

২বস্ন। থোংলৈ থুরো। ( কৈরুংবা, চাওভন য়েংলৈ )

১বা। নশা নশান থংম চংজৌ নক্রবদি—

কৈরুংব। ঐখোঈবু ওঈরিবোই ওম্নরে।

২শুবা। লমহেনগম্নু—ময়াম কৈদৌরি—ফাদুনা হাপ্পু।

( ময়াম্না ফাদুনা নমদুনা খাও মম্নুংদা হাপ্লগা পুর্রে )

( চিংশাই ফিংনা চংলকতুনা )

চিং। ইমা ইবেম্মা লেংথোকপিরকও নচাপা লেঈনমা লেংলসি।

গোমতী। ( থোরকতুনা ) কমদোবা ইবুংঙো ?

চিং। লৈবাক মাম্নদুনা ভরতশাই নিংথৌ হাপখ্রে। পম্নুম্নশদি ইমা ইচাগী অফবা ওইরবোই।

গোমতী। অফবা ? গোমতীগী অরোইবা তেম্নগা পুন্সিদা অফবা শরুক য়াশিত্র ? নম্নাম্নুং ননাওশিংস্ন ইচাগী মংক্ত লোঈনা খুংলাই পাঈরবা নত্রদো ?

চিং। ইমা ! আনম্নুশাইতদি পাবুংগী মোঙ্গাফমদা কোরৌ মোঙ্গাখোগী শ্রাদ্ধ তৌরুবি চংখ্রি, অতৈদি—

গোমতী। তোলেন তোম্বদি ?

চিং। ইমা ! নচানা করম্না পনসিগে—ইনাওদি নিংথৌ শেম্বগীনি হাঈনা ফাদুনা মচিন পুন্দুনা হাংখ্রে।